ওক্টাভিও পাজগী

# কায়রবা ঈশিং পুন

অমসুং অতৈ শৈরেং খরা

ইংবাজীদগী হন্দোকপা

রাজকুমার মণি সিংহ



সুলোচনা পব্লিকেসন্স
শগোলবন্দ হুঙুদম লেরক, ইম্ফাল, মণিপুব

# ওক্টাভিও পাজ ঃ মালেমগী কবি অমা

মালেম লৈমগী শক্তম অসি মনুংদা অমত্তা ওইজববস্থু মপান্থোংদদি মশীং থীওমদনা য়ামখ্রে। মথং মথং হাইদোকখ্রবা মতমগী চেনাশিংদা অমদি পাক্লা শন্দোকখ্রবা দেশ মহাদেশশিংগী কোনা কোঞ্জিন খুদিংদা মখল কয়া থোক্লা ওইরিবা মালেম লৈমগী শক্তম্নি।

অইবা ইতিহাস অমস্তুং ইদবা ইতিহাসতা মীওইবগী ৱারী য়াওরি। অসিগুম্বা ইতিহাস অসিদা শৈরেংনা 'কবি তৌবা ঙমখি, ঙম্লি অমস্তুং ঙমগদৌবি ?' মতাং অসিদা ওক্টাভিও পাজনা হায়রি ঃ 'ইতিহাস লৈতনা শৈরেং লৈবা য়াবোই, অত্তুবু শৈরেংনা ইতিহাসপু মশক অমদগী মশক অমদা ওন্থোকপা নত্তনা অতৈ থৌদাং লৈতে।' মাগী তোয়না পান্নববা ৱাবোল অমদি—

"*Poetry is* other *voice, not the voice of history or of anti-history, but the voice which in history, is always saying something different.*"

ৱাহৈ খব অসি থেংনরুবদগী কবি অসিগী শৈরেং পানিংলকই। অত্তুবু মাদি স্পেনীশ লোলদা সাহিত্য ইবা লাটিন আমেরিকাগী খ্বাইদগী শরাইরবা অইবশিংগী মনুংদা অমনি। লমদম অত্তুগী সাহিত্যগী লাইবিক ঐখোয়গী অসিরাইদা ইফং ফংনদে। তান চারুবা হায়গন্ত্রা লংকৈ চৎপদা মাগী মকপ চার্লস তোমলিন্সন্না সম্পাদন তৌবা খঙ্গৎলবা মাগী শৈরেংগী লাইবিক 'Selected Poems—A Bilingual Edition (179)' থেংনরুই। অখণ্ড অহৈ কয়ামুক পূনশিল্লগা ইংবাজীদা হন্দোক্লবা শৈরেংশিং লাইবিক অসিদগী পাজবা ঙমখি। অস্তুম পাবদা ভাব ইতা তাদে। মণিপুরী লোন্দা হন্দোক্কনা শান্নে, মমি শামি খরা খবা নুংঙাইবকই।

মণিপুরীদা হন্দোক্লবা শৈরেংশিং মরুপ মপাং কয়াগসু পামিন্নখি। শৈরেং খরদি মণিপুরী চেকোঙ খরদা ফাওবা ফোঙখ্রে। কবি সম্মেলন অমদা মাগী শৈরেং অমসু পারুবে। থবায় য়াওবিবা খরনা লাইরিক ওইনা ফোঙদোকসি হায়না তাকপিরকখি। অসুম তৌনা ১৯৯০ দগী ১৯৯৫ য়ৌশিল্লকখি। থৌরাংদি ইলোয় লোয়দে ঐনা শোঞ্জবদগী।

অদুবু মাগী শৈরেংশিংনা ঐঙোন্দা অমুক পাঙ্গল হাপ্লরে। মহাক্কী পাক-চাউববা মীৎয়েং য়াংনা চেনবা কল্পনাগী ঈচেল, অকনবা শাফূ য়াউবা খোল্লাউ ঃ

ঐঙোন্দা হায়য়ু, উফুল্লক্তা লৈরিবা কায়রবা ঈশিং পুন
ঐঙোন্দা হায়য়ু,

শরননা শব্দ তরুনবা, মীনা মী তরুনবা, অরাম্বনা অরাম্বা তরুনবা
মঙাল হায়বসি পোক্লকপরা

থোনা অমা লাক্লে। ঐখোয় খুদিংমক 'উফুল্লক্তা লৈরিবা কায়ববা ঈশিং পুন' অমা ওইবগী রাখল লাক্লে। মসিনি লাইরিক অসিগী হৌরকফম। শৈরেং খুদিংমক পাক চাউনা শন্দোক্লিবা থরাম্মিচাকশিংগী সংসারগুম্না পাক চাউই। খিক্তং য়েংবদা ভাব তাদে। টেলিস্কোপ পায়দুনা কুপশীন্না য়েংলগা থেংনরকই অনৌ অনৌবা শক্লোন মালেমলৈমগী। অদুনা লম লমগী নত্তবা, মতম মতমগী ওই-দবা, মালেম পূম্বগী, মতম পূম্বগী ওইরবা কবি অমনি হায়নরকপা থোইনা ঙকনা থোকলক্তরে।

চার্লস তোমলিন্সনগী শৈরেং মরিফুমাথোইমক মণিপুরীদা হন্দোকনিংবনি। ঐখোয়গী লমগী সেন্সিবিলিটিগা চান্নবা খরদং লৌখৎপনা হেন্না মওং তাবা য়াই খঞ্জদুনা নিফুখক্তমক খঙ্গৎচরে।

লাইরিক অসি ফোঙদোক্লবা হোৎনজবদা মায়গৈ কন্নাদগী মতেং ফংজখি। তৌবিমল খঙবা উৎচনিংই। ইনাও থাংজম ইবো-পিশক, ইবোয়াইমা প্রিন্টর্স অমসুং মখুমগী লাই য়েকপিবা নাওরেম অহনজাও অসিনচিংবা পুকচেল চাউরবশিং কাউবা ঙমজরোই।

রাজকুমার মণি সিংহ

# ওক্টাভিও পাজ ঃ পুন্সি

১৯১৪ দা ওক্টাভিও পাজ মেক্সিকো শহরদা পোকই। লাতিন আমেরিকাগী য়াম্না শক্নাইববা কবিশিংগী মনুংদা অমনি। ১৯৩৭ তা স্পেইনগী রিপব্লিকান লমদমশিংদা মহাক চৎখি। মেক্সিকোদা হল্লকপদা, টেল্লর (Taller) হায়বা সাহিত্য সমালোচনাগী চেফোঙ অমা হৌদোকখি। মতম অহুদগী মেক্সিকান অমসুং স্পেনিশকী নহা ওইরিব অইবশিংগা চেফোঙ অদুদা য়াওমিন্নখি। ১৯৪৩ দগী ১৯৪৫ ফাওবা মহাক আমেরিকাদা লৈখি। মতম অসিদা মহাক মেক্সিকান দিপ্লোমেটিক সার্ভিশতা চঙলে, অদুগা চহি কয়ামুক মপান লমদমশিংদা থৌদাং কয়া পুরুরে। ১৯৪৯ দা মহাক্কী যাম্না মমিং চৎলবা শৈরেংশিংগী খোমর্জানবা লাইরিক 'লিবর্তাদ বাজো পালাব্রা' ( Liberatad bajo palabra ) হায়বদু ফোঙলে। মথংগী চহীদা মেক্সিকোগী মশমদা ইবা রচনাগী লাইরিক 'ইল লাবেরিন্তো দি লা সোলাদাদ ( El laberinto de la soladad লেবরিন্থ অফ সোলিটিউড —Labyrinth of Solitude )। লাইরিক অসি ইউরোপকী লোল পুন্নমক্তবু হায়বা যাই, অনুবাদ তৌনখ্রে। মহাক্কী শৈরেং অমসুং রারেংগী লাইরিক ¿ অগুইলা ও সোল ? (১৯৫১ ¿ ঈগল নৎত্রগা নুমিৎ ? ) হায়রসিনা মহাক্কী খুৎইশিংগী মনুংদগী খ্বাইদগী হেন্না সররেলিজমগা নকশিন্নৈ।

১৯৫৫ দা মহাক্কী 'পোএটিক্স' কী রচনাগী লাইরিক 'ইল আর্কো রাই লা লিরা (লীরুং অমসুং তারাগী যন্ত্র) হায়রসি ফোঙখি,

লোয়নন্না মহাক্কী কজরবা শৈরেংশিংগী মনুংদা অমা ওইরিবা 'পিয়েত্রা দি সোল' সু য়াম্না পাক চাউনা অনুবাদ তৌনরগা ১৯৫৯দা ফোংডনবকখি। ১৯৬২ দা মহাক ইন্দিয়াদা এম্বাসাদর ওইনা খল্লে। মফম অসিদা লৈরিবৈদা ওরিয়েন্তেল আর্ট অমসুং ফিলোসোফিদা কূপশিন্না নৈনখি। মহাক্কী কবিতাগী খোমজীনবা লাইরিকশিং 'সালামন্দ্রা' (১৯৬২) অমসুং 'লাদেরা ইস্তে' (১৯৬৯) ফোংডখি। অকোনবগীসিদা নোংপোকলোমদগী খণ্ডজিন-উশিনবা ময়াম য়াও-বকখি। মহাক রাবেং য়াম্না ইববা অইবা অমনি। এন্থ্রোপোলোজি, এস্তেটিক্স অমসুং পোলিটিক্সকী মবমদা রচনা কয়া ইখি। ইখিবশিং অদুগী খবদি 'কোরিয়েন্তে অলতর্না' (অলতর্নেটিং করেন্ত)' অমসুং 'কনজওসনে রাই দিসয়ওসনে' (কনজওসন্স এণ্ড দিসজওসন্স) দা খোমজীন্দুনা ফোংডখি।

১৯৬৮ দা মেক্সিকো শহরদা মেক্সিকোগী সরকারনা ছাত্র ময়াম হাৎখিবা অদুগী নুংঙাইতবা ফোংদোকপা ওইনা চহী অদুমক্তদা ইন্দিয়াগী ফম অদু থাদোকখি। ১৯৭০ দা কেমব্রিজদা ওজা ওইখি। ১৯৭১ দা মেক্সিকোদা হল্লক্লগা আর্ট, লিতরেচর, ক্রিটিসিজম অমসুং পোলিটিক্সকী মেগাজিন 'প্লুরেল' কৌবা অমা হৌদোকখি। মেগাজিন অসিনা লাতিন আমেরিকানশিংগী 'ইন্তেলেকচুয়েল লাইফ' তা অব-নবা শাফু পীখি। সরকারনা থিংলকপদগী মেগাজিন অসিগী সম্পাদক মণ্ডল অমসুং পাজ মশামক য়াওনা ১৯৭৬ তা ফম থাদো-ক্লখি, অতোপ্পা থাগী চেফোং 'ভুয়েল্তা' অমুক হৌদোকখি। হৌ-দোরকপা মতমদগী চৎথরক্লিবা সাংস্কৃতিক অমসুং সমালোচনাগী শক্তম উৎলিবা চেফোং অসি তৌজিকফাওবা কোংলি। মতম অদুদগী হৌনা পাজনা 'ভুয়েল্তা' (শৈরেংশিং) হায়বা লাইরিক

অমস্তুং রচনাগী লাইবিক কয়া ফোঙপ্রে। ফোঙখিবশিং অসিগী মনুংদা 'মার্শেল ডুচাম্প' কী মরমদা ইবা 'লা অপাবিনএন্সিয়া দেসনুদা' (মার্শেল ডুচাম্প : এপিয়াবেন্স স্ত্রিপ-দ বেযাব) হায়বসিস্তু য়াওরি। মাগী খ্বাইদগী কোন্না ফোঙলকপা লাইবিক্তি 'দ মোঙ্কি গ্রামাবিয়ান' হায়বসিনি।

পাজবু সন্মান তৌখিবশিংদি— ১৯৬৩ দা দ ইণ্টবনেসনেল প্রোএটি গ্রাণ্ড প্রিক্স, ১৯৭৭ তা জেকসালেম প্রাইজ অমস্তুং ১৯৯০ দা সাহিত্যগী নোবেল প্রাইজ অসিনচিংবনি।

# ওক্টাভিও পাজগী খুৎই

ওক্টাভিওগী 'পোস্ত খৃস্টিয়ান' অমসুং 'পোস্ত নিৎচেয়ান' শৈবেংদা মবাল লৈতবা থিবা (ইনোসেন্স) নুংশিবনা মতমগী মনুংদা থিবগা মতম অমা পুথোক্লিবা, অনীথোকপগী ৱাংমদা লৈবা অসিগুম্বা ফিবম অমা শেমনবা লাররি। 'থৱায় অমসুং হকচাংগী অমত্তা ওইবা মনুংদা অচুম্বা লৈহনবা' হায়বা বিমবাউগী আদশ্যাদা যুক্ষম ওইবম্বসু য়াই। নিযম পুথোকপগী মহুত্তা মবি লৈনহনবা সমাজগী শক্লোন কয়া পুথোরবা লাক্লবিবা মহাক্কী খুৎথা অসিগী মমাংদা বাকুনিন অমসুং ব্রেক্কী খুৎই খবনা মাঙজীন থাখ্রবনি। মবমদি পাজনা শৈবেংবু আদর্শ্যবাদী ওইহন্নিংদে। 'শৈবেংদি অতোপ্পা খোঞ্জেলনি', মহাক্না ইবি, 'ইতিহাসকী অমসুং ইতিহাস নৎত্রবগী খোঞ্জেল নত্তে, অদুবু ইতিহাসতা ইতোপ তোপ্পা খবা হায়বিবা খোঞ্জেল অদুনি।' আদশ্যগী মখাপোনবা যানিংদ্রিবা অসিনা অন্দ্রে ব্রেটনবু নীংশিংহল্লি অমসুং সববেলিস্তশিংগী থবক্তা পাজনা যাওশিল্লি। তশেংনমক মহাকপু শক্তাক্লিবশিংগী মনুংদা মহাক "টেল্লবিক সববেলিস্ত" অমনি হায়বসিনি। অদুবু মিংথোল অসিনা তবাতবেৎশুবা শতাব্দীগী স্পেনিশ লমযানবা—মরুওইবা গঙ্গোবা অমসুং কুভেদো অমসুং মযায ওইবা যুগকী স্পেনিস শৈবেং পারুবদগী ফঙলক্লিবা জ্ঞান যাওববা খুৎথাশিং য়েংলুবগদি তেঞ্জিন্না চমথোকহনবা ওইনা থোক্লনি। কুনশুবা শতাব্দীদগী ফংলক্লিবা ঈথিনশিংগী মনুংদা, জর্জ গুইলে নৎতনা, লই সরনুদাগী লমচৎ ফজবগী অমদি মরূপ মপাঙ ওইবগী গুন্না খ্বাইদগী

অহেনবনি হায়বা য়াই। সবনুদাগুম্না মহাকস্থ ফ্রেন্স সংস্কৃতিরোমদা (এপোলিনৈর, বেভর্দি, ব্রেটোন লোমদা) অমস্থুং ব্লেক, কোলরিদজ, অমস্থুং জর্ম্মন রোমান্তিক মরুওইনা নোভালিজগী থরায় লুপশিন-বদা মহাক চঙশিল্লি। রোমান্তিক মীরোলগী মনুংদা পাজনা অথেঙবদা রদসরর্থ লোমদা মায় ওনশিনখি। মহাক্কী খুৎইদা ফ্রেন্স সিম্বোলিস্তশিং— নভাল (মহাক্না অনুবাদ তৌখ্রে), বৌদেলৈর, বিমবাউ অমস্থুং মমৈদ। মালার্মেগী মমি তাই। মালার্মেগী পাক চাউনা অমস্থুং ঈশৈদা শাগৎপা 'অন কু দি দেস' কা মান্নরবা 'রেষ্ট লেণ্ড' হায়বা শৈরেং ইখিবা ইলিয়ৎপুস্থ মহাক্না পামজবা উৎলি। ইলিয়ৎকী 'মতমগী মনুং অমস্থুং মপানগী মীৎকুপশিং' হায়বসিনা পাজগা চাংদম্নবা মাল্লবস্থ, নীংশিংকম থোক্লিবদি ঐখোয়না পাজদা অস্থুম্না থেংনৈ — মতম মশামক্তা য়াওরিবশিং মনুং হকচীন্না অয়াম্বা মওংদা নুংশিবগা মবী লৈননা থেংনৈ, মতম নাইদবগা মতম নাইবগা অনী য়ানশীন্নবগী মওঙচুদি থরা রাৎনা থোকই।

চহী কয়ামুক, দিপ্লোমেট অমা ওইনা পাজনা জাতি ময়ামগী ওইবা শৈরেং (ইন্টরনেসনেল পোএত্রি) ইখি। শৈরেংশিং অসিদা মফম মফমগী ওইবা অহোংবা য়াওবি। মফমশিং অদুদি—স্পেইন (সিভিল রাবগী মতম), ইউ এস এ, ফ্রান্স, জাপান, ইন্দিয়া অমস্থুং ব্রিটেন্নি। মহাক্কী খুৎইদা নোংপোকলোমগী য়াম্না য়াওরি: পাউন্দ, রেলী, অমস্থুং কীনি (বাশোগী কাওবা মহাক্না অনুবাদ তৌগে হোৎনখি); দিল্লীদা এম্বাসাদর ওইনা চহী কয়া লৈরিঙৈদা ইন্দিয়া; মালার্মেগী খুৎইগা বৌদ্ধ ধর্মগী আদর্শ্যাশিংগা মতম অমত্তদা নৈনবা অসিনচিংবা। অদুগা ইন্দিয়াগী কলাদা (পুম্নমক্কী মথক্তা কার্লিগী অশাবা মূর্ত্তিশিং স্কল্পচর পুক্নীং হুনা নুংঙাইবিবা 'অমস্থুং মনুং হুজিন্না লেমজরিবা—অনীগী

পুনশিনখিবা অসি থাগৎলি। মসিনা অতোপ্পা মওঙ অমদা হায়বগা, মহাক্কী মমুন ফাববা শৈবেংগী শকওঙ য়াম্না লেপখি। ১৯৭১দা মেক্সি-কোদা হল্লক্লবা মতুংদগীদি য়াম্না লুশিনবা অরা-পোলোইনবা শৈরেং কয়া ইখি; লাতিন আমেরিকাগী হৌজিক হৌজিক হিংলিবা খ্বাইদগী হেন্না শরাইববা কবি অসিগী অকোনবা খুৎইশিংদা য়াম্না নুংহীকননা ঈথিন পীখিবশিংগী মনুংদা ১৯৬৪ দা মেবী জোসে ত্রামিনিগা লুহোং-বগী থোদোক অহনা ওইখি।

চার্লস তোমলিনসন

# শৈরেং অমস্নুং ইতিহাস

শৈরেং খুদিংমক শৈরেংগী মগুণ হাপ্লনবগীদমক শৈরেংগা ইতিহাসকা অনী শমজিন্ননবা লাক্লবনি। কবিনা মতম পূম্নমক্তা মহাক্তা হিংলিবা সমাজ অদুগা লোয়ননা মশাগী মশক তাকচরবস্নু, অমস্নুং 'যুগকী ঈচেল' হায়নরিবা অদুদা মশামক য়াওজরবস্নু, ইতিহাসকী তমথীবা শক্তমশিং মাঙহন্নবা লাক্লে। অদুবু মসি হৌজিক্কী পৃথিবীদা খন্থবা ইঙম ঙম্নরক্তবগী অয়োবী খুদম অমনি। শৈরেংগী অচৌবা চাংয়েং পূম্নমক— মীৎত্রংগী নিয়মদগী অমদি মহাকাব্যদগী মথস্তা ইজরকপা ফাওবসিনা তশেংনা থোক্লিবগা অশেম্বা অরিবা রারীগা চৎনবী ওইবগা অমস্নুং কল্পনাগী শক্তমগা অমুকহন্না লাক্লরোইদবা তারিখ অমদি থৌদোক্তা, হৌজিক ওইরিবা অমদি অরোনবা নাউ পুরিবা তারিখকা অনীগী য়ানশিন্নফম পাত্র ওইদুনা শৈরেংনা অনৌবা তাংফম অমা হৌদোক্লবা, হেক হেক লাক্লিবা, শৈরেং অমস্নুং ইতিহাসকী অপূনবা শকওঙনি। শৈরেং অমগী মওঙ-মতৌ অসি কেলেন্দরগী তারিখ অমা ওইবতা নৎতনা, মতমগী মথং-মনাও থুগায়রিবা অমস্নুং ঙরাং নৎত্রগা হয়েংগী রাক্ষম লৈতনা মতম মতমগী হল্লক্লিবা হৌজিক অদুগী পোকখায়রকপা ফিয়েস্টা হায়বদি শেংলবা থৌদোক অমনি। শৈরেং খুদিংমক অশেঙবা মতমগী কোক য়ুংনা তারক্লিবা ফিয়েস্টা অমনি।

মীওইবগা ইতিহাসকা অনীগী মরী অসি মীনাই ওইবগা মখা পোনবগা অনী অদুগী মওঙ অমনি। মরমদি, ঐখোয়না ইতিহাসকী

মরুওইবা থৌদাং পুবিবা মীশক ঙাক্তা ওইববদি, ঐখোয় মতুগী পোৎচঙস্সুনি অমস্সুং ওৎ-নৈবিববশিংস্সুনি। ঐখোয়গী মাঙজববতদা থৌদাং অদু পাঙথোক্কদৌরিবনি। শৈরেংনা মসিগী মওঙ অসি চপ চানা হোংদোরবা লাক্লে, ইতিহাস নমথববতদা মসি পাঙ-থোকপা ঙমগদৌবিবনি। মহাক্কী পোৎথোক পৃম্নমক—অকনবা, মীহাৎপা, নুংশিবগী শক্তম লাংলিবা, পাডতাক্কী রাবী, কায়খীগদবা য়েক খোৎল্লিবশিং, হন্দোকপা, রাশকপা, শান্নদিবা অঙাংগী মচীন্দগী মথন্তা থোকচরকপা খঙহৌদবা খোন্থোক, তুক্কচনববা পাপী, অহানবা উম্নবদা নুংশি ঈখৌ লাংখিবী নুপীমচা. নুংশিৎতা পুবিবা রাহৈ চবুন কপ-লাউবগী খোন্থোক-পৃম্নমক অসি, চৎনদ্রবা লোল, শেম্লিবা লোল অমস্সুং শোন্নবিবা রাবু মতোমতা মাঙখ্রো ৬াযবা য়াবোই নৎত্রগা ফকলাংদা য়ৈশিন্দুনা মচেৎ মচেৎ শুগাযখিবা য়াবোই। মখোয় পম্বুংফম য়োগদৌবিবনি, খাইদগী চাউনা লৈখিগদৌবিবনি হৌফম অমস্সুং লোইফম অনীদগী মখোয মথন্তা চোংথোবক্লিবনি। মখোয়বু কনবিদনবা অমস্সুং মখোযনা ওইবিবদু অদুম ওইজনবা শৈরেংবু ঙাই। ইতিহাস লৈতনা শৈরেং লৈবা য়াবোই, অদুবু শৈরেংদি ইতিহাসপু মশক অমদগী অতোপ্পা মশক অমদা ওন্থোকপা নৎতনা অতৈ থৌদাং লৈতে। অদুনা, মসম অসিদগী অশেংবা ক্রান্তিকাবী শৈরেংদি অবোইবা শক্তম তাক্লিবা শৈরেংনি।

ইতিহাস অমস্সুং সমাজ শেম্লিবা অশেংবা মচাক— লোল হায়-বসিদগী শৈরেং শেম্মী। অদুবু চুম্নগী রাবী শান্নবিবা অমস্সুং মথং মনাওগী হৌনবী ঙাক্লিবা রাঙাঙ অদুগী নিয়ম অদু নৎতবা নিয়ম-শিংগী মতুং ইন্না লোল অসি লোল অদুগী খাইদগী মনুং হুঞ্জিনবদা লৈ। রাহৈ চবুন (ফ্রেজ)—নাইতোম লেপ্পা রাহৈ নৎতবা—অসিনা লোলগী খাইদগী চন্বা মচাক— মচি ওইবা শক্তম্নি। অতৈ রাহৈ

য়াওদনা ৱাহৈ অমদা, অতৈ ৱাহৈ চবুন য়াওদনা ৱাহৈ চবুন অমদা, মথন্তা লৈবা ঙমদে।

হায়বদি, ৱাহৈ পরেং (সেণ্টেন্স) অমনা মতম পূম্নমক্তা অতোপ্পা ৱাহৈ পরেং অমগা মনুং হজিন্না মরী লৈনবা মচাক য়াওই, অদুগা অতোপ্পদুনা মশক নাকপা ঙম্মী। ফ্রেজ খুদিংমক্তা হায়রিবা অদুগী ৱাংমদা লৈবা ৱাফম খরা ময়েক শেংনা তাক্লদুনা 'হায়নিংলিবা খরা' শাগৎলি মহাক্না চৎলিবা 'অদোমদা' তাক্লদুনা লোল হাযবসি অহোংবা অমসুং অমগা অমগা ওন্থোক ওনশিন তৌনবা য়াবা অনীগী পূনশিনবা অমনি। অসুম্না, অর্থ অমসুং পুনশিনবা অদু ৱাহৈশিংগী 'নীংলিবা' অদুদা য়ুম্ফম ওই। অদুবু মদুদা শৈরেং হেক চঙশিনলকপদগী মখোয় অদু ছন্দ নাইবা মচাকশিং নৎত্রগা কল্পনাগী শক্তম ওইথ্রে; মথন্তা লেপচথ্রে অমসুং মখোয় মতীক অদুম চাজথ্রে। ৱাহৈশিংনা মশাগী মশাগী অহোংবা মাঙথ্রে, করিগুম্বা অমা ৱারেংনা মওং কয়া থোক্না ঊবা য়াই, শৈরেংদদি মওং অমখক্তনি। শৈরেংগী ৱাহৈদি মতুং শিন্নিংঙাই লৈতে। মসি করিগুম্বা অমা হায়গে নীংবদু নত্তে শোয়দনা হায়রবা খরনি। নৎত্রগা, অমবোমদা হায়বা কবিগুম্বা 'খরা তম্বা' চঙশিনবা নত্তে, অদু অদা হায়বি হায়বসু নত্তে। কবিনা অকিবা নৎত্রগা নুংশিবগীদমক রা ঙাঙদে: মানা মখোয় অদু উৎলি। হন্দোকপা অমসুং মতুৎশিনজিনবা য়াদনা, শৈরেংগী ৱাহৈশিংনা, মখোয় মশাগী মরোল নৎতনা, অতৈ মওং অমদা শেমদোকপা য়াদে। মখোয়গী অর্থদি মপান্দা নত্তে, মখোয়গী মনুংদুদনি, কল্পনাগী শক্তম অদুনা অর্থ অদুগী 'মনুংদা' লৈজরবনি।

কবিগী কল্পনাগী অশেংবা মথৌদি — ঐখোয়দা চমম্লনা অমসুং লংলা লংজীন পুন্দুনা লৈবগুম উরিবশিংদু অমত্তা ওইবা

তশেংনা ওইবা য়াবা মওঙদা পুরকপনি। থৌওঙ অসি চৎথরকপদা চমন্নবা অমস্তুং লংলা লংজীন পুল্লিবদু মাঙহন্দনা থমলগা কীবম কয়া শেন্নবা অমস্তুং নৌনা শেন্নবা কয়াগী মরক্তা অত্থুম থম্মী। মরম অসিননি কবিগী কল্পনাসি, খ্বাইদগী হেন্না কুপশিন্না য়েংবদা, মচেৎ মচেৎ শেৎতোক্তুনা মশক লেপ্পা য়াদে। হৌজিক কবিগী লোলগা ঐখোয়দা অশেংবা উৎলিবা অদু অর্থ কয়াথোক্লা হন্দো-কপা য়াবা মওংদা লাকই। লোল অদু শীজিন্নরকপদা কল্পনা অদুনা অশেঙবনা চঙশিলহনবতা নত্তুনা অশেংবা অদু তকথোক তকশিন কয়া তৌরবা মতুংদা লেঙত্রবা অমত্তা ওইবগী শক্তম ওইনা পুরকই। রাহৈ চবুন (ফ্রেজ) অমনা কল্পনা অমা ওইরে। শৈবেং অমা হায়বসি কল্পনা অমখক্তনি নৎত্রগা কল্পনাশিংগী খাইদোক্লবা য়াত্রবা অপূনবা শক্তম অমনি। অশেংবা হায়না ঐখোয়না কৌরিবা অসি মাঙখে হায়না উৎলিবা মফম অদুদা মখল য়াম্লবা অমস্তুং অমগা অমগা চয়েৎনরবা মীৎয়েং কয়া থেংনগনি, মখোয়না শোয়দনা ভাবনা শাগৎলবা সৌরজগৎ অমা ওইরক্কনি—মফম অদুদা শৈরেং লৈরমগনি—মনুং ফাওনা উদবা, মৈ হৌহনবা ঙম্বা, চীনবান্না শোক্লু-বদা মৈ পোকহনবা ঙম্বা থেক্তোক থেকচিন য়াবা রাহৈশিংগী সংসার অমা ওইনা লৈবমগনি। মতাঙ খরদনা, রা ঙাংলিবা মী খরগী মচীন্দগী রাহৈ চবুন শেম্লিবা অদুনা শন্দোক্লা তাকনিংঙাই লৈত্রবা ময়েক শেঙলবা অচুম্বগী হৌরকফম অমা ওইরকই। অদুদগী ঐখোয়না মদু মপুংফারবা মতমগী লমদমদা পুরকই। লোলগী অয়োৌবী মওঙ শীজিন্নদুনা কবিনা মদুগী রাংমদা লাকই। ইতিহাসতা উকম শেমদু-না মদু তৌশিন্নদুনা থম্মী অদুগা 'মতম' হায়বদুগী মওঙ উৎলি।

ইতিহাসনা ঐখোয়বু, অর্থ অমস্তুং অরোইবা লৈতবা, ভুতপ্রেৎ-শিংগী সভা যাত্রা অমনি হায়না চিংনহল্লবদি লোলগী মরোল

শেঙ্‌দবা হেল্লকই অমস্থং অশেংবা ব্রারী শানবা ঙমহন্দে। ব্রাহৈশিংগী অর্থ মাঙখি, অদুনা মখোয়গী ফোঙদোকপগী শক্তি য়াওরক্তে। ইতিহাসপু থোঁদোকশিংগী মথং মনাওতনি হায়না হন্থবা থাক্তা থমজ্র-বদি লোলগীস্থ, মথব্রাই য়াওজ্রবা ইঙ্গিৎ কয়াগী পুনশিল্লবা শক্তম্নি হায়না অনেম্বা থাক্তা লৈখিগনি। মী পুম্নমকনা ব্রাহৈশিং চপ মান্নবা শীজিন্নরক্কনি, অদুবু অমনা অমবুদি ভাব তাহনবা ঙম্লবোই। ব্রাহৈগী অর্থ নৌবদা য়ানবা অমা পূবক্লবা হোৎনবগী ঐখোয়দা থোয়না কান্নবা লৈতে। লোলসি চৎনবী অমা নত্তে, অদুবু মসিদগী মীওইবনু লাপথোকহনখিবা য়াদবা থৌওঙ অমদি শোয়দনা ওইরি। চীন্না ঙাঙগে হোৎনবা পুম্নমক মপুম অমনি, মী অমনা মশা পুম্নমক অমস্থং মপুন্সি অসি ব্রাহৈ অমত্তগুম্বনি হায়না লৌজে। কবি অমা হায়বসি মশামক মশাগী ব্রাহৈশিংগী মওঙ লৌথ্রবা মীশক অমনি। মবম অদুনা কবিতনা অনৌবা ব্রারী শাগৎলকপা ঙম্মী। ঐখোয়গী মতমসিদদি কবি অমগী মবাইবক অসি 'donner un sens plus pur aux mots de la tribu'(Spanish) হায়বত্নুনি। মসিনা হায়রিবদি ব্রাহৈশিংসি ময়ামগী ওইনা চৎনববা লোলদগী শেমগৎলকপা ঙাক্তনি অদুগা শৈবেং অমদা অনৌবা মপোক অমা ওইহনবনি ; হৌজিক্কী (মোদ্দন পোএট্রি) শৈরেংদা 'হরমেতিসিজম' হায়বসি ফিবেপ অসিদগীনি। অদুবু মী হায়বসি ব্রাহৈগা খায়দো-ক্লবা য়াদে। অদুনা মখা তারকপদা কবি নৎতবা মীদগী শৈবেংনা শাগৎলিবা অঙকপা পান্দম অদু য়োৗবা কবিগী শিন্থা অদু তৌবক্লোই থোইনত্নুম মশামক, হোৎনরিবা অদুগী ময়ায়দা লৈথোকখিগনি। শৈ-রেং অদুদা নৎতবা, মশামক্তা মীওইবগী ওন্ন-তৈনবা ময়াম মশামক্তা নৈশিন্দুনা লৈখিগনি। অনী অসি খায়দোক্লবা য়াবোই। (Rim-boud) বিম্বাউগী শৈবেংশিং বিম্বাউ মশামক্নি— মশামক শা মখল

অমা ওল্লগা 'কবিগা মাগী ৱাহৈগা অমত্তনি'হায়না লাউজগে হায়না চপচানা হোৎনজববস্তু, কল্লবা মীচৈ খোঞ্জেল মবক্তা মশা ঙাকথো-কচতুনা লৈখিবা ইনখৎলক্লিবা মীওই অমা ওইতুনা লৈখি। হৌ-খিবা চহি চা থবসিদা লৈবম্বা ঐখোযগী সভ্যতাগী খ্বাইদগী চাউববা কবিশিংগী পামজবা—অসি ঙাক্তনি। অতুগা শতাব্দী অসিগী হৌখিবা অচৌবা আন্দোলন 'সববেলিজম' হাযবসিস্তু মতমসিগা থোইনা খেন্নবা নত্তে। তোৎনবিবা পুন্নমকসিগী লেমজবিবদি— মমিং পনবা যাববা কবি অমত্তনা যানিংদবা ফোঙদোক্তুবা—ঐখোয়বু অনী থোক্না চিংখাইহল্লিবশিং অসি মতম পুন্নমক্কী ওইনা যান্না নীংবা কাযনা মাঙহনগে হোৎনবিবশিং অসিনি। কবিতনা খঙত্রি-উত্রিবা মক্ষমশিংদা চো'শিল্লি, নৎত্রবদি মসি কপিস্তু নত্তে।

হৌজিক্কা ফীবমশিং অসি যেংলবগা শৈবেংগী অৱাংবা থাক অসিগী ৱাক্ষম হাযকবসি নোৱিংঙাই ওইবা যাই। হৌজিক ওইবিবা ইতিহাসকী থাক যাম্না ৱাংঙি, মমাঙদা অম্নক ৱাংখিত্রি, 'থৌদোকশিং'গী পোৎলুম শোব ফুন্নিংঙাই ওইরি,মমাঙদা অস্তুম্না অমুক্তা ওইখিত্রি। 'মথংদা কবি তৌসিগে' হাযবগী তমথীববা ফীবম অসি খাঙবদা হেন্না হেন্না খাঙহমদবা হঞ্জিল্লক্তুনা তৌবিবশিং অসিদা ঐখোযনা য়ানিংবা উৎখিদবনা অমদি তৌবিবশিং অসি মীওইবনা মৃৎপগী খোঙথাং-লোমদা অস্তুম চংশিনখিবনা, কবিগী থবকশিং হেন্না লোৎশিন্নখ্রে, নাইতোম তানখ্রে অমস্তুং মশীং যাম্না হস্তুখ্রে। ঙবাংদনি, শৈবেং অমা ইবা নৎত্রেগা স্নংশিনবা হাযবসি থক খা ওলহনবা ঙম্বা থবক ওইবম্মী। মবমদি সমাজগী হৌন-লোনচৎকী মাযখুম অনী পানবগী শাজৎকা চাশিন্নবা ঙম্মী হাযতুনা। ঙসিদি হৌন-লোনচৎ হাযবসিগী ৱাখল লৈখিদ্রে। মতুগী মহুত্তা শক্তিশিং, মীযাম অমস্তুং অথিংবশিংগী তোৎশিন্নস্বা ৱাখলনা শিনখ্রে। বিযেল্লিটি হাযবিবা অশেঙবসিগী

মায়খূমশিং হাংদোক্লে অমসুং 'কন্তেম্পোরেরী সোসাইতি' অসি ময়েক শেংনা অতুম উনরে— শাগী শাজৎকী থাক খেন্নবগুম খেন্নরবা কাওলুপশিংগী থৌশীল মথাদা 'চৈ' নৎত্রগা 'খোল্লাউ' কয়ানা 'হোমোজেনা ইজ' তৌরবা পোৎ কয়াগী মথেল য়াম্লবা য়ান-শিন্নরবা শক্তম অমনি। অসিগুম্বা ফীবমশিং অসিদা কবিগী কলম লোৎশিনখি। শৈরেং অমনা 'ফিয়েস্টা' অমা ওইরবদি—মতু মতমগা চানদ্রবনি, চৎনদ্রবা মফমদনি— মী উহনদবা উৎসব অমনি।

অতুবু কবিগী থবক অসি হৌজিক্কি মশাগী হান্নগী থক খা ওল-হনবা ওম্বা শক্তি অতু হন্না শীজিন্নরক্লি। নুপা নুপীগী অরোনবা শাজৎ অমসুং অরিবা মতমগী চৎনবী কয়া নোনা মপুং ফানা শীজিন্নতুনা ময়েকশেংনা ফোঙদোক্তবা ইকাইনিঙাই ওইবা অথিঙবা অসি নম-খায়নবা লাক্লরি। পৃথিবী অপুম্বগী নীংতম্লবা নুংশিৎতা শোর ঙরাংতা হোনজরম্বা শৈরেংনা হৌজিকসু 'শক্তি অমসুং মশীং' গী লানফমদগী ঐথোয়বু কনবিনবগী মন্ত্র ওইতুনা লৈরি। হৌজিক্কী মীওই অমনা শক্তি পায়রিবশিংদা 'য়াদে' হায়বা ওম্বা উপায়শিংগী মনুংদা শৈবেং হায়বসিসু অমনি। য়াদে হায়রিবসে পুন্সি খুৎলেন অসিদা পেঞ্জদবতা নৎতনা ইশাগী রাখলবু নীংথিনা শীজিন্নবগী রাফমসু য়াওবিবনি। অদবু য়ানিংদবা ফোঙদোক্লিবা অসিদা মশাদগী হেন্না পাকচাউরবা 'হোয়' হায়বা অমদি মনুংদা য়াওবি।

ওক্টাভিও পাজ

[ থেমস এন্দ হদসন্না ফোঙবা 'খোমজিনবা মেক্সিকান পোইট্রি', ১৯৫৯ দগী লৌথোকপা ]

# কায়রবা ঈশিং পুন

নুংগী শক্তম উবক্লে, চয়েৎনবা অমস্তুং মৈবীগী মপৈ অমা
মঙ মঙলিবা মী অসিগী পীশুমদগী পোক্লক্লে :
শংবান্নবা নুমিৎশিং, অশংবা নোংলৈ নুংশিৎ,
মঙালগী উচেক মচীন্না চীকখায়বিবা
কক্ষোইগুম্লবা থরান্মিচাকশিংদা,
অদুগা নাইতোম শাৎলিবা নুমিৎলৈ, মৈ চাক্লিবা নাপোমগী মযাইদা
লৈহুনা লৈবিবা সনাগী মীৎ অমা,
অদুগা অবংবা মুক্তাগী খোঞ্জেল থোক্লিবা উমংশিং, খোন্থাংগী উমংশিং,
পাউখুমগী অমস্তুং ঈথকশিংগী উমংশিং
মনুং ফাওনা উববা কয়াগী রাবী শানবিবা অমনি,
অদুগা নুংশিৎ, নাল্লবা চবমগী লোইবা লৈত্রবা ফক্লাংশিংগী মরক্তা
ঈশিংনা তান্থা নাইনা চেল্লিবা,
অদুগা শগোল, ধুমকেতু, অহিংগী মথম্মোই থিনগাইবিবা অতিয়াগী
বোকেট, অমস্তুং মতু মবাংশিং অমস্তুং ঈফুৎশিং

মতু মরাংশিং, খঙহৌদনা শাৎলক্লিবা মৈবাশিং,
মোমবতিশিং, মশাশিং

অঙৌবদা লান্দাবগী মওঙ অমা,
মঙ মঙলিবা মী অসিগী পীশুমদা ঈশৈ শক্লিবা দ্বীপশিংগী উচেকশিং।
ঐনা মীৎ পাঙথোকখি, অতিয়াদা যেংখৎখি, অদুগা উখি অহিং অসি
থরান্মিচাকশিংনা কবম্না খুমজিনখিবা :
অহিংবা দ্বীপশিং, মৈ চাক্লিবা দ্বীপশিংগী থাখুমফিশিং,
মৈ হৌবিবা অমস্তুং

শোর হোল্লিবা নুঙশিং, অহিংবা নুঙশিংগী চবুন চবুন,
অদুগা ঈফুৎ অমস্তুং অশেংবা মঙাল পুম্নমক অদো, অমম্বগী লেংজুমদা
হাইথরিবা শাংলবা চবুনশিংদো,
অদুগা অস্নক যাম্বা তুবেলশিং, মৈগী মথংদা লৈবিবা ঈশিংগী
অমদি মঙালনা মমিদা যৈশিল্লিবগী লাপ্লবা মখোল।
তাবাগী যন্ত্রশিং, তাবাগী যন্ত্রশিংগী লৈকোল।
অদুবু লমচাং অসিদা ঐ ইথম্তনি :
তিংখংলৈস্তনি, তিংখ্‌শিংস্তুনি, নুমিৎকী মৈশানা চেকখায়বিবা
নুঙজাউ মতুমশিংস্তুনি।
চাবৌশিং তুমিন্না লৈখি।
শুনুগী অমদি চাকথবা শীংনাংগী মনমস্ত মচি মচিদা নম্লি
খুনগী লম্বীশিং কংলবা লৈবকশিংনি,
কনাগুম্বা অমনা 'কনানো মতুদা চৎলিবা?' হায়না লাউবক্লবদি
মালং অসি শব্দক লীশীংথোক্লা কায়বমগনি
কবিস্ত হোদ্রবা চীংশিং, ঈংশিল্লবা মৈগী চীং অমা, নুঙ অমস্তুং
অসিগুম্লবা অবং অবাক্কী মখাদা নুংশাশোব ফুইনা হোনবগী
খোঞ্জেল অমা অমস্তুং লৈকংলাগী ফীবমসিদা, উফুলগী মহাও,

উফুলদা খোঙনা খোঙউপ তোংদনা চৎপগী মখোল অমস্মং
নুঙওল্লবা ঈফুৎ অমগুম্না
লমহাংগী ময়ায়দা রাংলবা উ অমা।
ঐঙোন্দা হায়যু লৈকংলা, ঐঙোন্দা হায়যু, মৈ চাক্লবা মালেম,
তকখায়রবা
শক্মশিংগী পৃথিবী, ঐঙোন্দা হাযযু, অরা-শক্তম লাংলিবা থাজ :
মফম অদুদা ঈশিং লৈত্রবরা,
মফম অদুদা ঈতবা, উফুলতবা, তীংখংথক্তা খোঙউপ তোংদনা চৎপগী
খোঙফমতবা,
ফীজেৎ-ফীগায অমস্মং লীল কাঙগী চান-থল্লবতবা,
সনাগুম্না মকোক ওইবিবা, তমথীববা নুমিৎ য়ুংবগী
মেন-মান তাদবা অদুবা?
চাউববা মশা নাল্লবা অবংবা নুঙজাউশিং তাবিবা তুম্বল তোব্বান্দা
কল্লবা ঈশিংদা, উনাশিংগী অশঙবা মঙাল মবক্তা অযুক তঙনবদা
নুপী নুপা মযাম্না ঈৰাজবগী লাউখোংলিবা অদুদা খেক খেক
খোংবিনবা শগোলশিং লৈত্রবরা?
লাই মযাম কদাইদা চৎখবে, মতৈ মবোংগী লাই, লৈগী লাই,
ঈশিংগী লাই, ঈগী লাই, কুমাবী 'দ ভবজিন'
মখোয লোইনা শিথ্রবরা, মখোয লোইনা চৎথ্রববা,
ঈশিং থিংগৎলবা
ঈফুৎ মপান্দা কাযববা ঈশিং পুন ঙাক্তবা?
ঙাচক্তমক হিংলিববা?
মেক্সিকোগী অহিংদা উৎমানবগা অশংবগা লাংলিবা ঙাচক্তনা
হবাউনা ঙাম্মোইবিবরা?
কেম্পোলাগী নোয-চাউরবা লুচিংবদুনা শিদবা ওইবিব্রা?

কায়ববা ঈশিং পুন/৩

নহা ওইরিবা মীনাই অনীনা হুমাই হুল্লগা
ঈনা ঈশিং চাইরিবা অশংবা নুঙগী লাইগুল্লবা
উ পাম্বী মখাদা ঙাথরদুনা
মীয়ামগী চাউরবা সভা যাত্রাগী মকোক চিংলদুনা, খুৎলাই অমস্তুং
চৈশুগী কারক্তা নোন্থরদুনা

লালগী ফীজোলদা, অশাবা নুঙগী মায়খুম উপ্লদুনা মী তানখায়বগী
নোংমৈগী মৈখুবু মমল য়াম্লবা ধূপকুম্বগী মনম ওইনা লৌরিবরা
নৎত্রগা মাগী সমুদ্র মপানগী কিলাগুল্লবা যুমদা মাগী ফজনা
লৈতেংলবী লোয়নবীগা চয়োলগী অবোইবশিংদা শাংনা মতম
লেল্লিববা ?
ঙাচক্তমক হিংলিবরা ?
চুবী অমস্তুং মিংশেল মচেৎকী মমৈ পাল্লবা, ঈংথগ্রগা নৌহৌনবিবা
অশাউবদা য়েংঙু,
খুৎখোং চাদনা খোংলিবা হুই অসিদা য়েংঙু,
লোন্থাক্ত্রবী 'মাগাই' পাম্বী, মতু পাল্লিবী তিংখৎলৈ, ঈ থোক্লিবা
অমস্তুং থোকহল্লিবা মৈ
লোয়নবিবা মতোন তুম্লবা মশক মওংশিং কয়ানা, ওৎ-নৈবগী
থোৎলবা খুৎলাই মাল্লিবা লৈ
শকউদনা নুঙ অমনা মউল থোক্লিবা অহিং অদুদা মাগী
শাংলবা ময়া অমস্তুং লৈখত্তুনা য়েংলকপা মীৎয়েংগা লোয়ননা
য়েংলি
শাংলবা ময়া অমগা অমগা তক্করিবসি য়েংঙু
শরূশিংনা শরূশিং তকখায়বিবসি তাও
মীগী উনশাগী ধোলদা ফৈবাক্কী শরূনা যৈশিল্লিবা

থবাক্কী খোলদা তমথীরবা খুনিঙনা ফুজিল্লিবা
চোইরোল লোল্লিবা নুমিৎনা নাকোঙ মনুংগী লিরবা খোলদা
তাম্থাশিল্লিবা
নাপু ফীজোন্নরবা নিংথৌগুম্না রাংখৎলক্লিবা, পুম্নমক মবা ফুক্লিবা
অমস্তুং মথন্তা জগোই শাবগা তাথবক্লিবা উফুলদা য়েংঙু,
খঙহৌদনা মবা কংশিল্লক্লবা উপালস্থু মাল্লি, নুংশিৎকী অহানবা
খুৎশিৎতা নীংখায়বক্লিবা অরাংবা যুম্বীস্থু মাল্লি,
অমুক তুবগা অমুক হৌগৎলিবা উফুল চাবিবা উপশিৎননা
চৎলিবা নুপাসিদা য়েংঙু,
নুঙজাউ থিনগাইবিবা মীগী তীল মাল্লি, শতাব্দী কয়া থিনগাইবি
অমস্তুং মঙাল উবদা ময়া ক্রক ক্রক চীক্লি
তোইববা নুঙজাউ, তোইববা মী, তোইববা মঙালদা য়েংলি
ঐখোয়না মীৎ পাঙথোক্লবস্থু উইশিল্লবস্থু মসি অমত্তবা ?
অতোপ্পা অমা মখোযগী মহুত্তা মৈবী অমস্তুং মঙাল পুম্নমক লাল্লনবা
রাখলনা ঐখোয়গী নুংগী দলাল পুম্নমক চাকথোক্লে,
কোক্কী শব্দ চেকখাযহুনা তৌগৎলক্লিবা শক্তম অমগী মব্দনা
মহু হায়দোক্লক্লবা রাহৈনা চীনবান থিবহুনা।
অচৌবা নুঙশিংনা থায়নগী মীওইবগী ঈহৌফম থুগাইখ্রে,
মফম অহুদা নুঙ কয়াগী, নুঙ যুংলিবা চহী কযাগী
মীওইবগী ঈহৌফমদা পৈখৎলিবা রাখল খল্লিবা
নুংগী মীৎকুপ কয়াগী শতাব্দীশিং মফম অহুদা লৈরে।
ঐঙোন্দা হায়যু, লৈকংলা, ময়া য়াওদ্রবা মতম্না, ময়া য়াওদ্রবা
অবাম্বনা নালহল্লবা নুঙ
শতাব্দী কয়া ওইখ্রবা ময়ানা উফুল ওলহনখ্রবা,
অবাম্বনা শতাব্দী কয়া ওইখ্রবশিংহুনা,

ঐঙোন্দা হায়য়ু, উফুল্লক্তা লৈরিবা কায়রবা ঈশিংপুন, ঐঙোন্দা
হায়য়ু,
শরূনা শরূ তরূনবা, মীনা মী তরূনবা, অরাম্বনা অরাম্বা তরূনবা
মঙাল হায়বসি পোক্লকপরা,
মৈরীক, কপ্লগী খোঙ্গেল অমস্তুং রাহৈ থোকলক্ত্রিবফাওবা, মমৈদা
ঈশিংনা চেন্থরকপা ফাওবা অমস্তুং পাক্লবা নুঙশীল্ল মনা পানবা উনা
হৌরক্ত্রিবা ফাওবা মমৈদা
ঐখোয় মীৎ লাওনা পাওহূনা তূমদবা য়াদে, ঐখোয় খূৎ য়াওনা
মঙ মঙদবা য়াদে,
ঈবম থিরিবা তুবেল অমগী মঙ ঐখোয় মঙদবা য়াদে, মাগী
সংসাব অপূম্বগীদমক মঙ মঙলিবা নুমিৎকী মঙ মঙদবা য়াদে
ঐখোয় হৌনা-লাউনা মঙ মঙদবা য়াদে, ঈশৈনা মরা, মউ, মশা,
উচকশিং অমস্তুং থরাম্মিচাকশিং পুথোরক্ত্রিবফাওবা
ঐখোয় ঈশৈ শক্তুবা য়াদে,
মঙ অহুনা তুম্লিবা মীহুগী নাক-য়েৎতা অনৌবা যুগকী অঙাওবা
গেল্ড-মনাগী মথবায় হাপত্রিবফাওবা ঐখোয় ঈশৈ
শক্তুবা য়াদে,
নুপাগী শক্তম লৌবিবী ঈশিং,
ঈশিংখোং অহুদা ঐখোয় ঈশিং থকপা য়ারিবা,
অমস্তুং ইশাবু মশক খঙজবা য়ারিবা,
ঈশিংখোং অহুনা হায়রি ঐখোয় মীনি, ঈশিং অহুনা নুমিদাংদা মথন্তা
রা ঙাঙলি, ঐখোয়গী ইমিং কৌরি,
ঐ, নঙ, মা, ঐখোয় হায়রিবা উজাউহুগী মখাদা, নোংগী
অহিংবা মুক্তি ওইরিবা ব্রাহৈগী ঈশিং-খোং
মফম অহুদা ইশা খঙজনা অমস্তুং ইশাগী মিংশিংদা থাজবা থমহুনা

ঐখোয়না ফজরবা মহুৎশিনবা ব্রাহৈশিং হায়রি
ঐখোয় হন্না মও মওবা তাই, হৌরকফমলোমদা শতাব্দী কয়া হঙৎনা
ঐখোয় হি হোল্লুবা তাই
অঙাং ওইরিবৈগী ব্রাংমদা, অহৌবগী ব্রাংমদা, ধর্ম্ম ওল্লিবা ঈপাকশিংগী
ব্রাংমদা
মী অমগা অমগগী মরক্তা লৈরিবা ফক্লাং ঐখোয়না থুগাইগদবনি;
কাই-তোইখিবা পুম্নমক অমুকহন্না শেমজিনগদবনি;
হিংবা অমসুং শিবা ওন্নতৈনবা সংসারশিং নত্তে, ঐখোয়
লৈ খাব্রাংননা শাৎলিবা লৈখোক্তুনি,
ঐখোয়না মাঙখিবা ব্রাহৈ থিবা তাই, মনুং হুপ্তিন্না অমসুং মপাল
থোক্লা মও মওবা তাই
অহিংগী পুংখোলনা কবি হায়বিবা খওবা তাই, চপ যুংলিবা নুমিৎকা
মীৎ চানহুনা যেংবা তাই, মাগী মায়খুমহু লৌথোকপা তাই,
নুমিৎকী মঙালদা ঈরুজবা তাই, অহিংগী উহৈ চাবা তাই,
থরাম্নিচাকশিং অমসুং তুবেলশিংনা ইবিবা অর্থ হনবা তাই,
ঈনা, ঈথক্লা, পৃথিবীনা অমসুং হকচাংনা কবি হায়বিবা নীংশিংবা
তাই,
অহুগা খোঙশানখিবা মফমহুদা হুপ্তিল্লকপা তাই,
মনুংদসু মপান্দসু নত্তে, মথক্তসু মখাদসু নত্তে, লম্বী পুম্নমক্কী
হৌবকফম
ওইরিবা লমলোঙ অহুদা
মবমদি মঙালনা ঈশিংগী খোঙ্গেলদা ঈশৈ শক্লি
ঈশিংনা উনাশিংগী খোঙ্গেলদা ঈশৈ শক্লি
অঙনবা অযুকসে উহৈনা থল্লে, নুমিৎ থোক্লিবৈ অমসুং
নুমিদাং, ঈংনা চেল্লিবা তুরেল অমগুম্না পূন্না চেনমিন্নবে,

নুমিৎ থোক্লিবৈ অমস্তুং নুমিদাং ওইরিবৈ নুপা অমগা নুপী অমগা
নুংশি শাগোন্নবগুম

অমগা অমগা শাগোন্নরে

ঋতু পূন্নমক অমস্তুং মীওইবা পূন্নমক, লোইবা লৈত্রবা তুরেল অমগুম
শতাব্দী কয়াগী কালোক মখাদা চেন্থমিন্নরি
হৌরকফমগী হিংলিবা ময়ায়চবুক তমনা, অরোইবা অমস্তুং
অহৌবগী রাংমদা।

# তুরেল

চরাঙনরবা শহর অসিনা হয়িংখোই অমগুম্না  ঐঙোন্দা কোয়শিল্লরি।
শাংনা থেক খোয় তৌবদুনা প্লেন অসিনা পেন্দ্রবা কপ লাউবগী
খোঞ্জেল থিরি,
ট্রামশিংনা লাপ্লবা কাচিন কোয়াদা তেকথদুনা লৈরি,
উ অসিনা শহরগী ময়োলদা নোংয়াইদা কনাগুম্বনা নীকলম্বগী
ইকাইবনা নমথদুনা লৈবি,
লাউখৎলম্লগা নেমথগ্রবা খোঞ্জেলশিং, তাখিদ্রবা অমম্তুং নাকোঙদা
ঙংদুনা লৈহৌবা অবোনবা অমা তপ্না হায়বম্বা খোঞ্জেলশিং
মখোয়না অমম্বু হাংদোক্লি, 'এ' ময়াম 'ও' ময়ামগী চীংমায়
অঙম্বশিং,
লোম্থোক্ত্রবা 'ভাউরেল' শিংগী শুরুংশিং হাংদোক্লি,
শাংলবা কাশিংদা ঐ মীৎ খুমজিল্লদুনা চেল্লি, মূকী তুবেল অমগুম্না
তল্লবা ময়েক্লা কোমদা পুৎথরি,
অদুগা শহব অসিনা লাকই, চৎখি অমম্তুং মাগী নুঙগুম্লবা হকচাংনা

ঐগী লাইবক্কী ময়ায় য়ৌবদা মচেৎ মচেৎ কায়রি,
অহিং চুপ্পা, অমমম ওইনা লেঙদবা মূর্ত্তি অমদগী লেঙদবা মূর্ত্তি অমা
ঈফূৎ অমদগী
ঈফূৎ অমা, নুঙ অমদগী নুঙ অমা, অহিং চুপ্পা
মতুগী মচেৎনা ঐগী লাইবকথক্তা অমনা অমবু থিরি শাংলবা অহিং চুপ্পা
শহরনা তূম্না তূম্না ঐগী চীন্দগী রা ডাঙলি
মাগী রারীদি শোর ফূইনা হোল্লবা রাঙাঙনি, ঈশিংগী মরৈ লোম্বনি
অমসুং নুঙগী মরৈনি।

মীকুপ অমত্তং লেপহন্নবা, চথোক-চৎশিন তৌরিবা ঐগী ঈ লেপহন্নবা,
চৎপা অমসুং লাকপা রাদি অমত্তা হায়দবা,
হৈবোং পাম্বীগী উরুমদা যোগী অমগুম্না ইথক্তা ফম্লতুনা
তুরেলগী তোর্ব্বান্দা বুদ্ধগুম্না, মীৎকুপ অতু থিংনবা
মীৎকুপ অমত্তং, মতমগী তোর্ব্বান্দা ফম্লতুনা, তুম্লিখৈদা রা ডাঙলিবা
তুবেল অতুগী ঐনা লাকশিল্লিবা শক্তম অতু মাঙখিনবা,
তোর্ব্বান্দা ফম্লতুনা তুরেল অতু থিংনবা, মীৎকুপ অতু থাদোক্লবা,
ঈশিংগী ময়ায় য়ৌগদৌবিবা ডক্লবা কা ময়ামতু ফাওজিন্নবা,
ঈফূত্তুদা ঈশিং থক্লবা, নুঙগুম্লবা চীন্বান্দগী থোবক্লিবা
শংবান্নরবা খোম্থোকশিংগী ঈশিং চাইবী ওইননবা,
মশাগী তোর্ব্বান্দা ফম্লিবা বুদ্ধগুম্না অহিংগী তোর্ব্বান্দা ফম্লতুনা
মীৎপান য়াওরবা মীৎকুপ অতুগী মঙাল মচেৎ অমা ওইননবা
মৈজাউ অসি অমসুং মিৎকুপ অসিগী মাঙখিবা অমসুং পোক্লিবা,
মতমগী তোর্ব্বান্দা অহিংগী পাক চাউনা অমসুং কন্না হোল্লিবা
শোর
তুরেল অসিনা হায়বিবতু হায়নবা, চীন্বান মানবা শাংলবা রাহৈ অমা,

লোইবা নাইদ্রবা শাংলবা রাহৈ অমা,

সংসার ময়াম্ব, কুপশিল্লিবা সমুদ্রগী পাক চাউরবা মওঙ মতৌ লৌরদুনা

নুংগী অকনবা রাহৈ পরেংশিং শীজিন্নদুনা

মতমনা কবি হায়রি হায়ননবা।

শৈবেংগী মরক্তা শাথীনা উপায লৈত্রবা অমনা ঐবু ফাজিনখ্রে,

পুম্নমক্তা ঐবু ইম্থোক্লে,

ঐগী ইনাক্তা কনাস্থু লৈত্রে, ঐগী তুংদগী ঐনা ইবিবদু য়েংলম্বা মীৎ ময়ামদুস্থু লৈত্রে,

ঐগী তুংদা অমস্তুং মাঙদা কনাস্থু লৈত্রে, কলম্না লালহৌরি,

অহৌবস্থু লৈত্রে, অবোইবস্থু লৈত্রে, চোংখৎনবা ফক্লাং অমফাওবা লৈত্রে।

শৈবেং অসি মী চঙনদ্রবা লৈতেম মান্নবা লমহাঙ ওইখ্রে, হায়দবমখৈ হায়রে,

হায়খিদবশিং হাযবোইদবা ঙাক্তা ওইখ্রে,

রাংলবা যুম্বীশিং, মাঙ-তাক্লবা অতোঙবা লমদমশিং, বেবিলোনশিং,

অমুবা থুমগী সমুদ্র অমা, মীৎ তাঙলবা নিংথৌ পানবা লৈবাক অমা নত্তে

ঐবু থিংনবা, তুমিন লৈহন্নবা, নুমিৎ ময়াম থোরক্লিবা

ঐগী মীৎপানশিংদগী অশংবা মহৈ মরোংগী চরোংশিং

থোবক্তিবা ফাওবা ঐগী মীৎশিং থুমজিন্নবা,

অদুনা উরিবা মীৎফমগী নুংশিং মখাদা ময়েক্তা শাংনা হাইদুনা লৈরি

রাংখৎলক্লিবা ঈথক্তা ঈপোম অমদা ওইশিনখ্রে, ঈপোম অদুনা পন অদু থুগাইবি,

চে অসি থরাম্নিচাকশিংনা কুপশিন্দ্রিবা ফাওবা অমস্তুং

কায়ববা ঈশিং পুন/১১

শৈরেং অসিনা য়েৎশিন্নরবা ৱাহৈশিংগী উমং অমা ওইথ্রিকাওবা
ঙাইননবা,

নত্তে,

ঐ করিস্তু হায়নিংঙাই লৈত্রে, কনানস্তু করিস্তু হায়নিংঙাই লৈত্রে, ঈ
নত্তনা করিস্তু অমস্তুং কনানস্তু

ঈগী লাক্লিবা অমস্তুং চৎথিবা অসি নৎতনা করিস্তু লৈত্রে,
ইথ্রবশিংগী মথক্তা ইরিবসি, শৈরেংগী মরক্তা
ৱাহৈ অমনা হৎপ্পিন হৎপ্পিন ইরিবসি,

মতমগী খোঙ্গোকশিং, তেক কায়রবা ময়েকশিং; মূক্তা ইতৈ তৈরবশিং
লাক্লিবা অমস্তুং চৎথিবা ঈ, কবিস্তু হায়রমদনা
অমস্তুং ঐবু মানা পুত্থনা চৎলি।

অদুগা ঐনা ঙাওলি, ঐগী মায়না চে মথক্তা নোঙ্গরি অমস্তুং ঐগী
নাক্তগী
কনাগুম্বা অমনা, ঈগী চৎথোক চৎশিন তৌরিঙৈদা ইরি,
অমস্তুং শহর অসিনা মাগী ঈ মবক্তা চৎখি অমস্তুং লাকই,
করিগুম্বা খরা হায়নিংখি, মতম্নস্তু কবিগুম্বা খরা হায়নিংখি,
অহিংনস্তু ৱা ঙাওনিংখি,

অহিং চুপ্পা মী অসিনা ৱাহৈ অমখক্তং হায়নিংখি,
অহৈবা নুঙশিংনা শাগৎলবা মহাক্কী ৱাঙাং অদু
হায়নবা মমৈদা

অদুগা ঐনা তাবগী শক্তি হেঙ্গৎহনখি, মী অসিনা হায়রিবদু তানিংখি,
তাউথখিবা শহর অসিনা হায়রিবদু হৎপ্পিন্না হায়নবা
অহিং চুপ্পা নুঙ মচেৎশিংঙুনা অমনা অমবু থিরি, ঐগী লাইবক্তা
কোয়চেন

চেল্লহনা, অহিং চুপ্পা ঈশিংনা নুঙদা লান্দারি,

ব্লাহৈশিংনা অহিংদা, অহিংনা অহিংদা, মনুং হুজিল্লা উবা ফংজ্রবা

লান অত্থদা কনানস্থ মঙাল পীখিদে

লানগী খুৎলাইশিংগী শাফুনা নুঙ অত্থদগী মঙাল অমত্তা ফাওবা লৌথোকখিদে

অহিংত্থগী মৈবিক অমা, কনা অমত্তনা শাংথহনখিদে

শিবা নাইদবশিং মবক্তা হন্দোরদনবা, ঈগী তূরেল থিংননবা, মুক্কী তূবেল থিংনবা শিদ্রিফাউবা শোরবা লান অমনি,

ব্লাহৈশিংগী তূবেল অত্থ থিংননবা, ঈহৌফমদা হন্না চৎননবা, অমস্থং মত্থদা

অহিংনা মৈ হৌবব। সনাগী মবুকশিং অত্থ উৎননবা লাক্লবি

অত্থগা ঈশিংনা, চোৎলবা মিংশেলশিংগী

চবুন ওইববা নুংশিৎনা মবা যুক্তৎলবা মিংশেলগী উপাম্বী অমা ওইববা মাগী থম্মোই অত্থ উৎননবা লাক্লবি

(অত্থগা উপাম্বীগী উনা খুদিংনা ফব ফব হাইবি, ঙাল্লি অমস্থং তমথীববা মঙালদা মাঙখি, কবিগী কল্পনাগী ব্লাহৈশিং মাঙখিবগুম)

মতম কুংশিল্লকসনু, অমস্থং মাগী অশোকপত্থ উঙমদবা দাগফম অমা ওইবসনু

পৃথিবীগী উনশা মথক্তা অপীকপা লৈই অমা ওইদসনু,

ব্লাহৈশিংনা মখোযগী খুৎলাই থাবসনু অমস্থং শৈবেংনা পূনশিল্লবা রাহৈ অমত্তা ওইবসনু, চঙশিল্লক্লিবা পেন্দ্রবা মঙাল অমা ওইবসনু

অমস্থং থরাইনা মৈ চাকথ্রবা মুশিল্লবা নাপী ওইবসনু

সমুদ্র অমগী মশেক মঙাল থোক্ত্রবা

থাগী ওইবা নুঙ ওনথ্রবা থবাক ওইরসনু
অত্থু ওইদসনু শন্দোকলবা মওঙ মতৌ, পাকথোক্লবা, মশাগী মথক্তা
হীপচরিবা মালং, পাক চাউনা শন্দোক্লবা মশাশিং
অমস্থুং পোৎ খুদিংমক মশা মথন্তবু চাকচরিবা মৈরীগুম্বা ওইরসনু
অত্থুগা মনুং ফাওনা উবা ঙম্লবা মবুক পানবা নুঙজাউ ওইনা
ঈংথগ্রসনু
অকনবা মৈচাক অত্থুনা হৌজিক ময়েকশেংনা শান্তি ওইবা য়ারবা
অরংবা মুক্তা।

অত্থুগা তুরেল অসিনা ঈহৌফমলোমদা হঙ্গৎনা চেনখ্রি, ঈহুল পীরি,
মশাগী মমিশিং য়েংলি অমস্থুং মশা মনুংদা থেক খোয়জিল্লি।

# শংবান্নবা লৈ চবুন

ঐনা মীৎকপ থোবকপদা হুমাংনা পূমচোৎ চোৎলম্লে। নৌনা হীদাক চাইরবা অঙাঙবা চেক চল্লবা মফমন্থদগী অশাবা মনিল কাখৎ-লকখি। উৎ-মচুগী মশা পানবা কুবাক অমনা ইঙাও ঙাওনা নাপুগী থাউমৈ অন্থদা কোয়না পাইবি। ঐ ফমুংদগী চোংথবকখি, অশেংবা নুংশিৎ খরদং ফঙনবা মাগী লোৎফমদগী থোবক্লিবা মহূ চেনবা তীল খবন্থ নেৎতনবা শেম শাবগা কা অন্থদা খোঙউপ তোংদনা কোযচৎ চৎলি। ঐ থোঙনাউ মচান্থগী ময়াদা চৎখি অন্থগা অশেংবা নুংশিৎ ফংখি। মফম অন্থদা মী অমনা নুপাগী শক্তম লৌবিবা চাউ শাংলবা নুমিদাংগী শোব হোনবা তাবা ফংলমগনি। ঐ কাগী ময়ায়দা হল্লকখি, ঈশিং খিল্লিবা অন্থদগী খুদেং মচান্থদা ঈশিং হৈদোক্লগা ঐগী মায় তৈথোরবা ফি অন্থ চোৎহনখি। চোৎলবা ফি অন্থনা ঐগী থবাক অমস্থং খোঙদা নানখি, ইশান্থ খবা কংঙে, ঐগী ফিবোলদা মা পক্তে হায়বা খঙলবদা, ফি শেৎচিনখি। অশংবা সিডি অন্থদা ঐ চেন্থবকখি। বোর্দিং হাউস অন্থগী থোঙজীল য়োবদা

মমীৎ নামা তাঙবা, রা কয়া ঙাঙগনদবা য়ুম্বু অহুগা থেংনখি। লীগী ফাল অমদা ফমলহুনা, মমীৎ তংখায় উইশিল্লগা চূরুপ থক্কু,না লৈরমখি। অয়াকপা খোঞ্জেলদা মানা হংখি :

'নঙ কদায়দা চৎকদৌরিবনো ?'

'অস্বাই ফাওবদং চৎলুগে। য়াম্না ওল্লাংগ্রে।'

'হুমমম........ লোইনমক থোঙ লোন্নখ্রে। মফম অসিদা লম্বীগী থাউমৈস্সু থান্দ্রে। চথোক্কুবনা হেন্না ফগনি।'

ঐ লেংজুম নীকখি, শোম্থাঙননা হায়খি 'থুনা হল্লক্কনি' অহুগা অমম্বা মরক্তা থোরক্লে। অহানবদা ঐ করিমত্তা উবা ঙমখিদে নুঙ চনশিল্লবা লম্বীদা হাইরং হাইরং চৎখি। চূরুপ অমা চমখৎলি। খঙহৌদনা অমুবা লৈচীল মরুমদগী থা থোক্লকখি, মচি মচিদা মচেৎ মচেৎ নীংখাইরবা ফক্লাং অঙৌবা অমা ঙালহনলকখি। অঙৌবা অহুনা মীৎ থকহল্লহুনা ঐ লেপখি। নুংশিৎ শীৎপগী মখোল খজিক্তুং তাখি। ঐনা মঙ্গে পাম্বীশিংগী শোর ফংখি। উনা ময়াম অমস্তুং তীল কাঙশিংগা লোয়ননা মুমিদাং অহু ঈশৈ ঙংবগুম-খি। অরাংবা নাপীশিংদা হারৌশিংনা অহিং য়ারেকখি। ঐ মায় হাইগৎখি : আ মথক্কু,দা থরাম্মিচাকশিংস্সু য়ারেক্কু,না লৈখি। সংসার অসি খুদম কয়ামুক্কী থৌওঙ অমনি, চাউরবা শক্তম কয়াগী রারী শান্নফমনি হায়না ঐনা খনখি। ঐনা তৌরিবশিং, হারৌগী মায়া, থরাম্মিচাক্কী মীৎ খুৎকুপ, পৃম্নমক অসি ঙহাক লেপ্পা অমস্তুং খোম্থোকশিং রারী শান্নরিবা অহুদগী চাইথোরকপা রাহৈ চবুনশিং নত্তনা অতৈ নত্তে। ঐনা খোম্থোক অমত্তুং ওইরিবা রাহৈ অহু করি ওইরমগদগে ? রাহৈ অহু কনানা ঙাঙলিবা ? লম্বীগী নাকলদা ঐগী চূরুপ অহু হুস্থখি। অপীকপা থরাম্মিচাক



মথী তাবগুম্না মৈরীক খয়া চাইথোরক্লগা অঙা... কাপোক অমা শেম্নগা মখাদা তাখি।

মতম শাংনা ঐ তপ্পা চৎখি। ঐগী চীম্বান্দগী মতম অহুদা, হরাউনা, ঐঙোন্দা রা ঙাঙলকপগী নুংঙাইবা চপচানা ফংলহুনা ঐ নীংতম্বা ফাওখি। নুমিদাং হায়বসি মীৎ কয়াগী লৈকোলনি। লম্বী অহু লাম্থোবকপদা থোঙজীন অমদগী কনানো অমা থোরকপগী মখোল তাখি। ঐ কোয়না য়েংখি, অহুবু ময়েকশেংনা কবিমত্তা উবা ফংখিদে। ঐ থুজিল্লি। মীৎকুপ খবা লৈবগা অশাবা নুঙথক্তা ফেনাৎ তোংহুনা চৎপগী তপ্পপ্পা খোঞ্জেল তাখি। খোঙথাং থুদিংগী ইনাক্তা মমি নকশিঞ্জক্লবস্থু ঐ হন্না য়েংথোকনিংখিদে। ঐ চেন্নবা হোৎনখি। ঐ ঙমখিদ্রে। থুদক্তা ঐ চপ লেপখি। ইশা কঞ্জনবা হোৎনবা ঙমদ্রিঙৈদা, ঐগী নঙ্গন্দা ছুরি মতোন অমা লৈবে খঙখি, নুংশিনা হায়বকপা খোঞ্জেল অমস্থু :

'লেঙগনু, মিষ্টব, নৎত্রবদি থিনজিল্লকনি।'

লৈথোক্তনা ঐনা হায়খি :

'নহাক করি পাম্বগে ?'

'নঙগী নমীৎশিংদো, মিষ্টর', তপ্পা, তাবদা থুক লাউবা নুংশিবা খোঞ্জেলগা লোয়নননা থুম্মকখি।

'ঐগী মীৎশিং ? ঐগী মীৎশিং পাম্লিবা কবিগীনো ? য়েংঙু, ঐ শেল খরা য়াওরি। য়ামদে, অহুবু কান্নবা য়াই। নঙনা ঐবু থাদোক্লবদি ঐগী য়াওরিবা পূম্নমক নঙোন্দা পীগে। ঐবু হাৎকনু।'

'কিগনু, মিষ্টর। ঐ নঙবু হাৎলোই। ঐ নঙগী নমীৎশিংহুদা লৌগে।'

'অহুবু করিগীনো নঙনা ঐগী মীৎশিং পাম্লিবা ?' ঐনা অমুক হন্না হংখি।

'মসি ঐগী গার্ল ফ্রেণ্ডগী মচিংনি। মহাক্কা শংবান্নবা মীৎশিংগী লৈ চবুন অমা পাম্মী। স্বাইদদি মখোয়দু ফংবা য়ায়।'

'ঐগী মীৎশিংসিনসি য়াববোই। মখোয়দি য়াকশিনবা নাপুগীনি, শংবান্নদে।'

'ঐবু অপণ্ডবা তাহনগনু, মিষ্টব। নণ্ডগীদু শংবান্নৈ হায়বা ঐ য়াম্না মুন্না খণ্ডি।'

'হিংমিন্নবা মী অমগী মমীৎ লৌবা হৌনদে। মদু নৎতবা অতোপ্পা ঐ পীগে।'

'ঐণ্ডোন্দা পাডা তম্বীগনু', মানা অয়াকপা খোঞ্জেলদা হায়বকখি, 'নমায় লৈশিল্লকউ'।

ঐ লৈশিনখি। মহাক মী পীকই, শোঞ্জুনি। মাগী কোনা মনাগী অপাকপা টুপীদুনা মমায় তংখায় অমা কুপশিল্লী। মখুৎ যেৎনা খুল্লক্নী ছুবি অচৌবা অমা পায়বি, থাবল মণ্ডালদা লংনা উখি।

'নমায়দু য়েংগে।'

ঐনা মৈখেৎ খেৎলগা ঐগী মায় ময়াদা থমখি। মণ্ডাল অদুনা ঐগী মীৎ উইশিনহনখি, মখুৎনা ঐগী মীৎপানশিংদু নমদুনা হাংদোকখি। মা ফজনা উবা ফংখিদে। খুদোল কাণ্ডখৎতুনা লেপ্লগা ঐণ্ডোন্দা কূপ্পা য়েংখি। মৈবী অদুনা ঐগী খুৎ চাকখি। ঐ মৈদু থাদখি। তুমিন্না ঙহাক্তং লৈখি।

'নণ্ড হৌজিক য়ানিংলব্রা ? মখোয়দু শংবান্নদবনি।'

'নণ্ড য়াম্না হৈ শিংলেনা ?' মানা খুম্নকখি। 'য়েংখিসি মৈখেৎ অমুক্কা খেৎখো।'

'ঐ মৈখেৎ অমুক্কা খেৎখি, অদুগা মীৎ মনাক্তা থমখি। ঐগী খুদাং পায়শিন্নদুনা হুকুম তৌখি ঃ

'খুরু খুদক কুল্লু।'

ঐ কুম্থখি। মখুৎ অমনা ঐগী শম পায়শিল্লগা মায় হাইগৎহন-খি। য়াম্না খঙনিংনা অমস্থুং শোর থিংগৎনা মহাক্না ঐঙোন্দা নোম্থরকখি। অদুগা মাগী ছুরিনা ঐগী মীৎপান্দা নাল্লমলগা তপ্না থাদখি। ঐ মীৎ উইশিনখি।

'পাঙথোক্ত্ুনা লৈয়ু' মানা হুকুম তৌরকখি।

ঐ মীৎ পাংথোকখি। মৈবীদুনা পাশিং চাকখি। খঙহৌদনা মহাক্না ঐবু থাদোক্লম্মী।

'ফরে, মখোয়দু শংবান্নদ্রে। পাক থাজিল্লু।'

মহাক শৎ চংখ্রে। কোক্তা খুৎ থম্লদুনা ঐনা ফক্লাংদা ঙাখি। ঐ ইশা তাশিনখি। থোশানদ্রবা শহর মচাদুদা, খুদি অমুক থী, অমুক তুই, অমুক হৌগৎনবা লাক্লৈ, অস্থুম্না পুং অমা চেনখি। শহবগী ময়োল য়োবদা বোর্দিং হাউসকী মপুদু থোঙজীন্দা অদুম ফমদুনা লৈবম্বা উখি। ঐ ব্রা অমত্তা ঙাওদনা মনুংদা চংশিনখি। ঐ মথংগী নুমিত্তা শহর অদু থাদোকখি।

## অঙনবা অয়ুক

ঈংলবা থৃংনা শং শং
মথং মথং হাংদোরক্লে
অমম্বগী বেঙ্গেজশিং
ঐ মীং পাঙথোক্লে
অদুবু
হৌজিক্তা শোকখিবা অনাবা
অমগী চৈনারক্তা
ঐ হিংলি

# মফম অসিদা

লম্বী অসিদা থাংলিবা ঐগী খোঙথাং

হঞ্জিল্লী

অতোপ্পা লম্বী অমদা

মফমদুদা

ঐগী খোঙথাং ঐনা তায়

লম্বী অসিদা চৎখিবা

মফমদুদা

মশেন মরাংতনা ময়েক শেংঙি

কায়ববা ঈশিং পুন/২১

# লাইবাউ

অহিংগী অঙ্গংবা চীনবান্না
ৱাহৈ অমা হায়
অরাবগী পংতি
ৱাহৈ নত্তে নুঙনি
নুঙ নত্তে মমিনি
লৈচীল নোংফাইগুম্লবা রাখলনি
ঐগী লৈচীল নোংফাইগুম্লবা চীম্বান্দগী অশেংবা ঈশিং
অচুম্বগী ৱাহৈ
ঐগী অরানবগী মরুমদা মরমচাবা
মসিনা অশিবা হায়ত্তুমক ওইরবদি মহুদা ঐ হিংলি
মসিনা অচাকপা ওইরবদি, মাবু সেবা তৌবদা ঐ ৱা ভাঙভি
মসি নীংশিংবনি অদুগা ঐনা করিস্সু নীংশিংদে
মানা হায়রিবা করিনো ঐ খঙদে অদুগা ঐনা ঈশাবু মসিদা থাজে
মী অমনা মশা হিংলি করম্না খঙগনি
মী অমনা মশানা খঙজবা করম্না কাউগনি
মীৎপান তংখাই অমা হাংদোক্লিবা মতম
ঐখোয়বু উরিবা, মশাবুস্থ উহঞ্জরিবা ।

## মরূপ শান্নবা

মসিনি ঙাইরকপা পুংফম
লৈমায় অসিদা তারিবা
লোইবা নাইদনা
থাউমৈগী শন্দোক্লবা শম্লাং
নুমিদাংনা থোঙনাউবু ঙমখৈ লৈতনা চাউহল্লি
মফম অসিদা কনাস্থু লৈতে
মওং লৈতবা শকওংনা ঐবু কোয়শিল্লি।

কায়ববা ঈশিং পুন/২৩

# অরেপ্পা

অঙৌবা হায়বসিনা অশেংবা ওইরবদি
থাউমৈ অসিদগী থোরক্লিবা মঙাল অশেংবনি
ইরিবা খূৎ অসি, মথোয়'সি
অশেংবরা, ঐনা ইরিবা অসিদা য়েংলিবা মীৎশিং ?

রাহৈ অমদগী অতোপ্পা রাহৈ অমা
ঐনা হায়বমখৈ মাঙখরে
ঐ খঙডি ঐ হিংলি
নিয়ম কায়না হাপচিল্লকপা অনীগী মরক্তা।

## দৃশ্য

নুঙজাউ মতুম অমস্নং চীঙচপ,
লেঙদবা নুঙদগী হেন্না লিরবা, মসি
মতম নাইজ্রবা পোৎশক্নি।

মাগী দাগকমশিং ফাঙদোক্তুনা
মফম লেঙদনা তারি
মতম লেপতনা অশেংবা ঈশিং।

মফম অসিদা ঙমখৈ লৈতবনা পোৎথারি
নুঙজাউ অমগী মথক্তা নুঙজাউ
নুংশিৎকী মথক্তা নুঙজাউ ময়াম।

পৃথিবীনা উৎলিবা
অহুম লৈ: নুমিৎ অমা
লেঙদনা, অরোইবা লৈতবা মনুং হুঞ্জিনবদা।

ঙাওরিবা কোক্কী চাংদম:
তামথনা হাইথদুনা লৈরিবা নুঙজাউশিংনা
ঐখোয়গী ইমিশিংদগী হেন্না লূমদে।

# শোকপা

ঐগী খূৎশিংসিনা
নঙগী শক্তমগী ফীজঙশিং হাংদোক্লি
ফি শেৎপিরি নঙবু অমুক্কা হেন্না ফীজোল থোংদবদা
নঙগী হকচাংগী হকচাংশিং হাংদোক্লি
ঐগী খূৎশিংসিনা
নঙগী হকচাংগী অতোপ্পা হকচাং পুথোক্লি।

# শেংলবা থৈবোং পাম্বী

নুংশিৎনা

উহৈ হূবানবশিংনা

(যোংশিং, উচেকশিং)

অচৌবা উ অমগী

মশা মযামগী মবক্তা মক্কশিং চাইখায।

ইশঙ শঙলহুনা অমস্নুং হজিন হজিন্না,

পাথবিবা চাউববা কপতগী

নুমিৎশিংনা থকই

মালংদা লৈবা চাকখাউ অমনি।

মক্কশিং

পোকখাযবক্লে,

পাম্বী ওইবক্লে

করিস্নু লৈতবদা

কোযলৈ লৈশিনবশিং থোরক্লে

মনুংদগী চুমত্রিং ন্নাংখৎলকই, হাই-হূম্মি অমম্মং মচা পোকথোক্লকই।
চহী অমগী মতূংদা চহী অমা তাথরকই
অচুম্বা লৈই অমগী মওংদা।
মানা তাথরক্লিবহু
ঈশিংনা চোংথরকপনি
চোংথ-চোংথনা ক্ষমজিনখি : মতমনা নুঙ ওনখি।
মাগী মওং মানা খঙডি
অশাংবা মরাশিং থাদোরকই
অহুগা থেক খোয়জিল্লিবা মশাশিং,
অমুবা
য়ৈশিন্নরিবা ঈশিংগী শাফুশিং
মানা মনুংদা থৌজিল্লি
য়ুম্বী ময়াম
অচোৎপা কাজাউশিং তৌথোকই
মনুংহুদা খোম্থাঙ কাওরকখি অমম্মং মাঙখি
মুমিৎকী অচীকপদা তীনশিল্লহুনা
নোংম নোংমগী
কোরীগী খোম্থাঙনা মৈতাল ওনখি।
পাম্বোমশিং, থৌরীশিং, খুদোপশিং
থাহুনা লৈরবা য়াঙলবা জহাজ অমগী
মাস্তুল অমম্মং মরী মরাংশিংগুম্না
য়েৎশিন্নখ্রি।
কোয়চৎ চৎলিবা মরাশিং
ন্নানা কাখৎলি
অহুগা পূনশিন্নরি।

খুৎ ময়ামগী অশুকপা উমংনি

মখোয় হকচাং অমা থিরি, লৈপাক নত্তে !

মখোয় লেংগোম্নগে লাক্লরি

উ অদু

হিংনা কল্লাং খাজিল্লি

মউ অদো

পুম্নথবদা চহী চাম চঙখি।

মতোন্দা :

করিস্সু য়াওজরবা শরগী কোক্তি, শজি অমদি তেক্লবা মচীশিংনি

শউনগুম্নবা উনা ময়ামগী ফীজও মখাদা

গুলাব মচুদগী লৈপাক মচু

লৈপাক মচুদগী অশংবা মচু

মওং চানা শীনদোক শীঞ্জিন তৌবিবা

ঈশৈ শক্লিবা ঈথক অমনা

মশাগী কিশি ময়ামদা লূপশিনখ্রে

চহী লীশিং অনী

থৈবোং পাম্বীনা শল শারি, থক্তা রাংখৎলি, মশাগী শোর থিংলি

থৈবোং পাম্বী হায়রিবসি গোতম্মা বুদ্ধ ওইথিবা খোংনাংবট অত্তুবুনি হায়না অইবনা মশানা ইবদদি শেংদোকই। খোংনাংবটনা থৈবোং পাম্বীগী শক্তমদা পূথোরক্লিবসি শকওং কয়াগী মখাপোনবদগীনি। বৌদ্ধ ধর্ম্মদা থৈবোং পাম্বীগী শেংলবা শকওংবু থাজনা তৌবদগী খোংনাংবট হায়বদগী থৈবোং পাম্বী হায়বনা হেন্না চুশিন্নবগী মওংতু লৈরেংশিংদা শিজিন্নরি। হিন্দুশিংনস্সু থৈবোং পাম্বীবু লুনা তৌজৈ।

## হুমায়ুনগী নীংশিং ফূরা

মমূ য়াওবা খোইশিংনা য়েৎনজরবস্থু
য়োংশিংনা মরৈ তৌনজরবস্থু
অঙ্কগী রাহন্দোক কয়া লৈজরবস্থু
মসিনা লাম্হেংনরি

(নুঙ, নুংশিৎ অমস্থুং উচেকশিংদগী
শেমখিবা গুলাবকী রাংলবা মৈরী,
ঈশিংগী মথক্তা পোৎথারিবা মতম)

অচীকপগী ফূরা দলান

# লোদী গার্ডন মন্নুংদা

লোয়না শংবান্নরিবা অসিদা
নীংশিং ফূরাগী মতোনশিংদগী
—অমম্বদা, মখোয়গী ওইবা রাখলশিংদা য়োমশিল্লগা—
খঙহৌদনা থাদোবকই
উচেকশিং

কায়ববা ঈশিং পুন/৩১

# অতোপ্পদো

মশাগী মায়থোঙ অমা পুথোকখি
মহুগী মরুমদা
মা হিংখি, শিখি অমস্তুং হিংগৎলকখি
কয়ারক হন্না।
ঙসি মাগী মায়থোঙদা
মায়থোঙ অহুগী অখুইবশিং য়াওরে
মাগী অখুইবশিং অহুগী মায়থোঙ পানল্রে।

# সনাগী থম্বালশিং (২)

মেজিক্কী লংগুম্না

থোংলবী, থেক খাযবী

মংখোঙ যাঙবী, কুচু ফজবী :

গাশোলনি, তেলঙ্গানি

অচুব্ থিংবা ঙমদনা উনপাক যানখাযবীনি।

থীক থানা অঙাংগীনি, মীৎলুশিংনা এনামেলগীনি।

লৈমায অমস্তুং কা শীনব থুংনা জংগোই শাখি,

কোম্ভাবিকাগী সানজোসেদা হুমিৎ তাবা যেংখি

হিমালযগী মংম্বাক্তা হীপখি

আফ্রিকাগী অচৌবা কাশিং অমস্তুং লমহাংশিংনা পেনখিদে।

চহী কুনশুবদা মাগী মপুবোইবা থাদোক্লম্লে

ফ্রাউলিন অমগীদমক,

চহী কুনমাথোইদা ফ্রাউলিন থাদোক্লে

আফগান অমগীদমক.

কায়ববা ঈশিং পুন/৩৩

চহী নীফুমণ্ডাদা

প্রোসরপিনা কোর্ট, ইস্ত : ২ বোম্বেদা লৈরে।

থা খুদিং ছুটি নুমিৎশিংদা

ঙাচক অমস্তুং লীনশিংগা লোয়ননা মফম মফমদা চোং ফল্লি,

মীনায়শিংনা মাবূ হিংচাবী হায়না চৈ

অহুবূ মাগী পার্সী নুংশিথোইবদুনা মৈচাক কোকহল্লি।

নোং চুদনা নোংলৈ নুংশিৎ হৌবীনি

অঙোবা লাঙজানা

মশাগী মমিদা খৎনবা হৌই।

# উটাকামদ

১

নীলগিরি চীংশাং মথক্তা
ঐনা টোদা লৈব্রা য়েংখি
মখোয়গী লাইশঙশিংদু চিথেক নাইবা শগোলশঙ ঙাক্তনি
মখোয়না মপূংফাদবা মন্ত্রশিং ঙংনা ঙংনা
শরূঙাক্তা ঙাইরবা, মকোয় চোম্বা, মশক খঙদ্রবা
শেঙলবা ঈবোইশিংদু শঙ্গোম শুম্মী
মখোয়না সুমেবদগী অবোনবা পোৎশক অমা থম্মী
পোৎশক অদু কবিনো মখোয় খঙদে
কুইববা মতমগী কংলবা মচীনবান কাথোক্তুনা
তমথীববী লাইরেম্বী ইশতারগী মমিংনা
অহাঙবা গুহাদা থাবল মঙাল মচেৎ অমা তাবগুম
ঙান্দুনা লৈরি।

কায়ববা ঈশিং পুন/৩৫

২

সেসিল তোটেলগী দাবীদা
মিস পেনেলোপনা ( অবংবা নাপুগী শম,
চৈশু, শামভূগী খোডমোজ। ) তৌখিবা চহী কুন্থা অসি
হন্না হন্না শোল্লক্লি: হে ভাগ্য,
খুদোংচাবা কযা ফংহৌদ্রবা লৈবাক ..... . . ।
কোকথক্ত
জাকাপান্দাগুম্বা উশিংগী মবক্তা
মৈকাপ্পী শান্নবি
ক্বাকশিংগী
নুংঙাইব্ৰ খুৎখোড়শিংনি ।

৩

অরাংবা নাপীশিং অমস্তুং অনেম্বা উশিং ।
লৈমম মান্নদবা লম্পাক। অহাঙবশিংদা
অঙৌবা ককচেং অপাইবীশিংনা
কৃপলবা মওং নাইদবা নুঙজাউশিংগী দলান মযাম শাবি।
লৈঙোই ওইনা পূজা কযা তৌবি।
মাইসিনা অমস্তুং মাচু-পিচুদা।

৪

হেন্না লংঙি অমস্তুং উনা পূংলি
নিম পাম্বী অসি এশ পাম্বীগুম্না
ঈশৈ শক্লিবা উ অমনি।

৫

চৎফম অহুদা মীৎফম অমা
গুলাব মাল্লবা কেমেলিয়া উপাম্বীনা
অহোবহুদা লীৎথবক্লি
মখোল থোক্তুবা অশংবা লমহাঙ মবক্কী অবংবনা
হাইথবক্লিবা মালংদা শক্তম উৎলি
হাইজিনবা যাদনা লৈবিবনি
খোইবাংবগীস্মু থৌশাদে, লোনগী অরাবস্মু খঙদে।

৬

নুমিদাংদা অতিযা পাকথোক্লি
মৈ থাল্লবা ইউকেলিপ্টস পাম্বী অমনি।
পুকচেল চাউববা থরানমিচাক মপৈশি :
ঐনুদি নমহৎতে - লাকও হাযনা কৌবি।

# কেপ কোমোরিন মনাক্তা

ঈশিং থূল্লবা লৌবুক্কী ময়ায়দা
লেপ্তুনা লৈরবা লেগু রোবর কার অমগী মনুংদা।
উপাম্বীশিংহু ঈশিংনা মঙক য়ৌনা থূম্লে
নৌনা থোরক্লবা অতিয়া অমগী মখাদা
কুম্মৈ ওইরবা অশংবা ময়াম অসিগী মরক্তা
অঙৌবা, লোক থুংলবা উচেকশিং
মোৎপা নাইক্রবা উরোক মখল মখলশিং।
লৈখোমদা লূপশিল্লবা, মতু নাল্লবা, থৌশাক্রবা, ঈরোইশিংনা
তুম্বগুম্বনি
ঈশিংদা শাৎলিবা থরোশিং চারি।

মপুক লাম্নবা

য়োং শঙ্গু অমা। চপ লেপ্লহুনা
থাজদনা, নাপু মচুগী হামেঙ অমা
মতোল তূম্লবা নুঙজাউ অমগী মতোন্দা। হামেঙহুগী মথক্তা

ক্বাক অমা। অহুগা উবা ফংত্ৰবা,
অরেপ্পদি ওইরিবা, কিজরিবা শকক্ষম :
নত্তে মি নৎত্রগা খায়ৌ, মমিং থোনক্ষম খঙদবনি,
কনামত্তনা থৌশাবিদবনি
মহুদা মওং চাদবা অমস্তুং লাই মানবা কাঙবুনা
য়াইক্ষরি অমস্তুং অমনা অমবু তুহৎনরি : করি লৈত্ৰবা
তীল-কাঙশিংনি।
লেপ্তুনা লৈরবা মক্ষমগী মনুংদা মিহুল অনী পূনশিনবনি :
নুমিৎকা থাগা শমজিন্নরি। মমশিল্লক্লে।
ঙারাকপীসি মমল য়াম্নবা থাতু অমগী
ফৎ ঙাল্লকপহুনি। অমম্বনা কূপশিনখরে।
ঈরাক্লরবা দৃশ্য মাঙখরে
ঐবু মাঙলবা থরায়রা নৎত্ৰগা কোয়চৎ চৎলিবা হকচাঙলা ?
লেপ্তুনা লৈরিবা লেগু রোবর কারস্তু অহুম্না লোইশিনখরে।

## হেরাটিতা হরাও-নুংঙাইবা

( কার্লো পেল্লিসরগী মফমদা )

মফম অসিদা ঐ লাকখি
পনেংশিং অসি ইনা ইনা
থোকঅ-থোকঅবা ঃ
শংবাম্নবা অমস্তং অশংবগী মসজিদ
খোংনবা যুম্বামচা একন
মফম অনী নংত্রগা অহুম
কবি সাধু অমগী নীংশিংবশিং
টিমুন অমস্তং মাগী মচা মশুশিংগী মমিংশিং।

নুমিৎ চাম্মগী নুংশিৎ ঐ থেঙ্নখি
নুমিদাং পুম্নমক লৈঙোইনা শন্দোকখি
ঐগী পীশুম শাথীনা চৈ চাখি, ঐগী মীৎপান চাকখি।
নোংঙানবদা ঃ

উচেক মযাম চাইথোবকখি
অহুগা নুঙয়াম মবক্কী ঈশিংগী মখোল
মখোয় অহু লৌবাং শুবশিংগী খোঙকাপশিংনি।
(অহুবু ঈশিংদি উফুল মনম নমখি)
লমহাঙদা মুকম মুকম শোল্লিবশিং
উৎলিবশিং
মাঙখ্রিবশিং,
অমকপা মচুগী নোংলৈ নুংশিৎশিং
ঐগী রাখলগুম্না কবিস্থ নত্তে।
চাকা লৈবি, চাকা লৈবি
হোটেলগী কা মনুংদা, চৌংশিংগী মথক্তা :
লম অসি উটশিংগী মোংফম্নি
অহুগা ঐনা খন্থবদা ( ধ্যান তৌবদা )
মতম পূম্নমক্তা হান্নগী শোইনাইবিবা মাযথোঙশিং :
অতেক অকাযশিংগী মপু ওইবিবা নুংশিৎ অসি
ঐগী অমত্তা ঙাযববা মপুবা ?
মাঙখ্রবশিং
হেন্না হেন্না মাঙলি।

সাধগী নীংশিং ফূবাদা
ঐনা যোৎপী অমা যৈশিনখি
মথরায় য়াওদ্রবা উ অমদা থম্না,
নত্তে,
অতৈগুম্না, ফত্তবগী মমীৎ অমদা :
ইশামক্তদা

( ঐ ব্লা খরা হায়রে—
নুংশিৎনা রাহৈশিং পুখি । )

নুংথিল অমা অরাংবা মতোলশিংনা কৌখি।
পোপলর হায়বা অরাংবা উশিংনা অকোয়বদা চৎখি
চপ লেপ্তুনা লৈরিঙৈদা।
য়ুমথক্কী অরংবা তাইলশিংগী মথক্তা নুমিৎ
ইখঙ খঙহৌদবা য়েন্নিংথাগী মতমশিং।
'লেদিজ গাদেন' মনুংদা
ঐনা শংবান্নবা মসজিদকী মতোন্দা কাখি
ময়েক থোক্লা হক্লবা লাইশোন লাউফম য়ুম্বীশিং
'কিউফিক' ময়েক্ত, ময়েকশেংবা হেল্লকখি
মশাগী অর্থগী রাংমদা।
শক্তম লাংদ্রবদি ঐগী মীৎয়েং লৈতে
মওংশিং মাঙখিদ্রিবফাওবা ঐনা লেঙ-ওৎতুনা উবা ঙমদে
লেঙবা য়াদ্রবা তরু তরুবদা
'সুফি' গী শকওং-লৈতবা-শক্তমদা।
ঐনা পুমহাং হাংবদা থূবাম থন্না থক্লিংবা থক্তে
বোদ্ধিসত্বগী মুক্তানা শাববা হকচাংগী
থুদম অনী অমসুং কুন্থ্রাস্ত ঐ উদে।
ঐনা শংবান্নবা অতিয়া অমা অমসুং শংবান্নবগী মরুম
লোয়নমক উখি।

লোয়ননা অঙৌবদগী অশংবদা
পোপলব উ পাম্বীগী পাক চাউরবা হুমাইগী,
লোয়ননা, উচান পাম্বীগী মতোন্দা,

অমুবা উচেক্কী অমুবা অমস্থুং অঙৌবদা,
নুংশিৎতগী উচেক্না মশীং য়ামদে।

ঐনা মালেম অসি মশাগী মথক্তা পোৎথাজবা উখি
ঐ শক্তম কয়া উখি।
অদুগা পূংখায় অদু ঐনা মমিং থোনখি,
অবেপ্পগী মপূংফাবা

( Perfection of the Finite ).

## খৃস্টিয়ান ওল্লবা মতুংদা

নহা ওইরিবা হসন
খৃষ্টিয়ান নিঙোল অমা লুহোংনবগীদমক
খৃষ্টিয়ান ধর্ম্ম লৌরে।
ভাইকিং অমা ওইরম্বদৌনা
পুরোহিতনা
মাগী মমিং ইরিক থোল্লে।
হৌজিক
মহাক্কী মমিং অনী শুরে
অতুগা নুপীদি অমত্তনি।

# তম্নলাই

মী হায়বসিনা উফুল ওইবা তারবদি
তম্পাক ফাওনা চৎলিবা পুম্নমক
মী ঙাক্কনি ।

কায়রবা ঈশিং পুন/৪৫

## খুঙ্গং

নুঙয়াম অসি মতম্নি
　　　　　　　　　　নুংশিৎ অসি
নুংশিৎকী শতাব্দীশিংনি
　　　　　　　　　　উশিংসি মতম্নি
মীশিংসি নুঙনি
　　　　　　　　　　নুংশিৎ অসি
মশাদা ওনশিঞ্জরি অত্নুগা লূপখ্রি
নুঙগী মতম মনুংদা
মফম অসিদা ঈশিং লৈতে মমীৎশিং ফনা লংজরবস্নু

# বৃন্দাবন

অহিংগী অমম্বা মবক্তা
নুংশাশোবগী চাউববা উমংদা
থেংলুববস্মু খঙদ্রিবা
ফীজঙ কয়াগী মরুমদা
মবোল মবি খঙদনা
ঐনা ই
ইনা তোকই
ঐনা ই
( পুম্নমক্নি, অহুবু অমত্তা নত্তে
অহুগা চেনাথক্তা লোইনা চোইনা তাবি
তুমিন তুমিন্না )
মীৎকুপ অমগী মমাংদা
কাব অমনা শোরোক্তা য়াঙনা থোখি
মৈ মুৎথৎনগ্রবা যুম কয়া ফাওনা
ঐনা কন্না থৌই

মৈ চূখৎলবা ঐগী রাখল মরক্তা
ইথক্তা থরানমিচাক কয়ানি
মখোয়দো পুমচীক চীক্লবা লৈকোল ঙাক্তনি
ঐ উ অমা ওইরম্মী, উশা অমা ওইরম্মী
উনা ময়াম্না, মমীৎ ময়াম্না কুপশিল্লম্মী
হায়ন-শক্লবা ময়াম ঐ ওইরম্মী
শক্তম কয়াগী মপৈ অমনি
( ঐ হৌজিক খরা ইরে
খোরি খোরাংঙাক্তনি
অঙৌবদা অমুবনি
ময়েকশিংগী লোইশিল্লক্লবা লৈকোলনি
থাউমৈগী মঙালদা শেম্বনি )
কারদো য়াঙনা থৌখি
তুম্নখ্রবা শহবগী চিদাইদনি
ঐ য়াঙনা থৌখি
ঐগী রাখল কয়াগী মতুং ইনখি
ঐগীস্তুনি অতৈগীস্তুনি
কল্পনাগী লেমহৌবশিংতুনি, নীংশিংবশিংতুনি
মমিং ময়াম
মৈবীকশিংগী লেমহৌবশিং
অথেঙবা পার্টিদা নোকখিবগী খোঞ্জেল
পূং কয়াগী জগোই
চবুন চবুনগী খোঙজঙ
অতুগা খঙনরবা অতৈ মফমশিং
ঐবু মীবু থাজত্রা

নৎত্রগা থরাম্নিচাকশিংবু থাজব্রা ?

ঐনা থাজৈ

(মতাঙ অসিদা থম্মী

বিন্দু পরেং পরেং )

ঐনা উই

মতমনা চাহৎলবা য়ুম্বী কয়াগী য়ুমথক অমা

অকনবা ধাতুনা হক্তুনা শেমথবা লেঙদবা মূর্ত্তিশিং

চান্নিবা ময়ামগী পবেং অনী

নুংঙাইতবা মনম

ফম্হালথক্তা নিংথৌ অমবু

কোয়শিল্লি

হন্দোক হঞ্জিন তৌবিবা নুংশিবা মনম্না

লুহোংদনা নুপা নুপী লৈমিন্নবগুম্না

হকচাং হাই হুম্বগুম্না হেক হেক লেঙডি

চন্দন পাম্বৈদগী মালিকা-মালতী য়োনা

অন্থগা মন্থগী মায়াগী শক্তমশিং

মওঙ কয়াগী লাইহৌনি

মতমগী লাইহৌনি

মসিগী তোৎন-তিন্নরিবশিংদা নুংঙাইবহুনা

জগৎ পূম্নমক রাহোং অমগী তুংয়ান ওইখ্রে

মীৎ কোতি কোতিনা

অতোপ্পা মীৎ কয়া

শেম-শারহুনা

মীৎ অমত্তগী মীৎচি নাচি ময়াম

মরোমদোম লৈরিবা নুমিৎনা

লোৎলহুনা

মনুং মপাল ফাওনা উরীবা ফীজোল মরুমদা
মহাক্কী হৈশিংবগী ঈথক-ইপোম্না
পূম্নমক মৈ ওইনা চাকহল্লে
নুংশিৎস্তু, নুপীশিংস্তু, ঈশিংস্তু
পূম্নমক হক্তুনা থমখ্রে
মচুদগী মওঙ ফাওবা
মওঙদগী মৈ ফাওবা
পূম্নমক উখিদ্রে
উকং, য়োৎ, কোরি অমদি শেঙ্গেংগী ঈশৈ
ঈশ্বরগী কাদা
মন্দিরগী গর্ভদা
মচেৎ মচেৎ য়াথোক্লবা নুমিৎ কয়াগা মান্নরবা ঈশৈ
ঈশৈ
নুংশিৎকা ঈশিংগা শাগোন্নবগুম্লবা
অত্থুগা পোৎলম চৈবমশিংগী
লোম্হোক্তুবা নাহে-খোঙ্গেলগী রাংমদা
মীগী খোঙ্গেল অমা
নুমিৎ য়ুংবদা অতিয়াদা থা অমা ভাল্লকপগুম
মাঙখ্রবা আত্মা অমগী রাকৎ
(ঐনা ইরিবসিদগী করি থোক্লক্কনি
খঙদনা ঐ ইরি
রাহৈ পরেংশিংসিদা ঐনা য়েংলি
ঐগী শক্তম অসি থাউমৈ অসিনি
নোংয়াই চবুক্তা

থাল্লিবা

তুরেল তোর্বানগী অতোঙবদা

কবিমত্তা নাচুংত্ত্রবা য়োংজাউ

নোম্থবিবা

চেগপ চোংনবা

মচু শিথববা উৎ তৈশিল্লহুনা

সাধু অমনা ঐবু য়েংখি অহুগা নোকখি

অতোপ্পা তোবান্দগী ঐবু যেংখি

য়াম্না লাপ্পদগী, য়াম্না লাপ্পদগী

শা ময়াম্না য়েংবগুম ঋষি কয়ানা য়েংবগুম

মফি শেৎতে, শমজেৎ হাৎতে, বিভুৎ তৈ

মমীৎশিংদা অবেপ্পা মঙাল অমা খনিগী ধাতু অমনা লংখৎহল্লি

ঐনা মঙোন্দা রা ঙাঙনিংখি

মাগী হকচাং মনুংদগী খোন্থোক অমনা থুমখি

চৎখ্রে চৎখ্রে

কদায়দা ?

জীবনা হিংবা য়াবা করম্বা মফমদা

কবম্বা মঙঙদা হিংলুনবা

কবম্বা জগৎশিংগী হাঙলবা মালংদা

কবম্বা মতমদা ?

(ঐনা ই

ময়েক খুদিং মহীক অমনি

নীংশিংনবা

মশাগী ঈথক হাপ্লি

অহুগা মশাগী নুমিৎ হন্না হন্না য়ুংলি)

চৎখ্রে চৎখ্রে

ঋষি মীনুখাঙ ঋষি ?

অরাম খৌরাংগী নৎত্রগা হীদাক চারুবগী ফজরকপা মতৌদা

মহাক কৃষ্ণ উরম্বস্ন য়াই

তগুপ তরেং ঙাল্লিবা শংবাম্নবা উপাম্বী

ঈকংলমদা অমুবা ঈচেলনা য়ৈশিল্লবগুম

চেকখায়রবা নুঙ অমগী মনুংগুম্বদা

নুপীগী শক্তম লাকই মহাক্না

মতুগী কায়খিবা শকওং

মওং নাইদনা ঙাওরকপা কোক

অসিগী নৎত্রগা অতুগী

অশিবা পোৎলোইফম ঘাটতুদা মহাক লৈ

মী চৎনজ্রবা লম্বীশিং

য়ুম কয়া অমদি মখোয়গী মমিশিং

পূম্নমক অমহানি অত্বগা পুন্নমক খেন্নৈ

কার অতু কন্না থৌরি

ঐ তুমিন্না লৈরম্মী

ঐগী মাঙথ্রবা রাখল মপৈ মবক্তা

(চৎখ্রে চৎখ্রে

ঋষি ফাগী পুবা মী চাক্লিবা থওইবিজ্রবা নিংথৌ

অমহানি

মতম পূম্নমক্তা অমহানি

অমহাগী মনুংদনি

মশাগী মনুংদতা মতমপূম্বদা লৈগদবনি

মশাগী মনুংদা ফূমজিন্দুনা

মশাগী মনুংদা লোৎশিন্দুনা
লাইগী মল্লবা মুক্তিনি)
চৎখ্রে চৎখ্রে
অতোপ্পা তোর্বান্দগী মহাক্না ঐবু য়েংখি
মানা ঐবু য়েংলি
মহাক্কী লোইবা নাইত্রবা নুমিৎ য়ুংবা মতমদগী
কোয়না চৎলিবা পুংজাদা ঐ লৈরি
কার অদো কন্না থৌরি য়ুময়াম মরক্তা
থাউমৈ অমগী মঙালদা ঐনা ইরি
ঙমখৈ লৈতবশিং, লোইনাইদবা মতম
অকোয়বদা লৈরিবা জিলাশিং
ঐগী পান্দম নত্তে
ঐনা হিংবগী অমদি শিবগীসু খৌরাংলি
ঐনা খঙজবা ঐনা খঙডি অদুগা ঐনা মদু ই
মতমনা ওইরকপা শক্তম
তৌথোরকপা থবক
ঈহৌদ্রুদা ওইরিবা পুন্নমক
হক্তুনা থম্মী অমম্তুং থুগায়খি
রাখল অমম্তুং পূংফম অদু লাকশিন্নবা খূৎয়াম
ঐ ইতিহাস অমনি
মথক্তা পুথোকচবা নীংশিং খুদম অমনি
ঐ কৈদৌঙৈদা নাইতোম তাদে
মতম পুন্নমক্তা নহাক্না রা ঙাওনরি
নহাকসু মতম পুন্নমক্তা ঐগা রা ঙাংনরি
ঐ অমম্বদা চৎলি
ঐনা খুদম থম্মি

# হিমাচল প্রদেশ (৩)

খজিক্কং হঙ্গোইনিঙাই ওইবা ৫

উরে, তাবে, তৌরুরে :

লাঙজাশিংগী উৎসবনি ।

মখোয় চামনখিহ্রনা পাইবা ঙমদনা লুপ্লে ।

অসিরাইদা শোইনাইরবা ঈগল উচেক্না

মাগী নুঙজাউ মতুম অহুদগী

অপৃম্বা হকচাং অহু কদাইদা থনমসিগে য়েংলি

মাগপুবদগী লাকপা আইন মশক খঙদবা অহুনা বিদেশী অহু

দাক বঙ্গলোগী মাঙ্গোন্দা ফমহল্লী, অহুগা মঙোন্দা পী

খোয়থুম্নববা ইংরাজী লোল্লহুনা, থক্লবা অমা

মাগী ইংখোলদগী বোরোই থুমোকমচা অমা, মেপ অমা

ইনশাং মহী য়াউম অমা, লমদমহুগী থাজবা য়াবা পাউ,

অখন্নবা দৃশ্য ওইরবা মাগী য়ুমদগী থিন্দোরকপা মাঙ্গোলদগী··

মাগী নুপীনা মঙোন্দা য়েংঙি শেপ্না

হিন্দুস্তানী লোন্দা চৈ মুকম মুকম শোল্লহনা।
হৌজিক, শোব হোল্লগদ্রা নত্রগা ঙক্কদ্রা
কাজিল্লিবা মতমদু
থোক্লিবা থা তংখাইনা তশেংনমক
ঙৌথোবক্লবদা অমসুং নুমিৎ অদু অহুম
নুমিৎ ওইবি, নুংশিববা অহল অনীদু থোবক্লে।
মখোয পাখৎলে, ফোঙদোক্লকই
তীল কাঙগী শাথীববা মিহৌনবা।
অকংবা মক মরাংশিংগী অকনবা খোম্ভোক ঃ
মবাল শীজীন্নবগী পুংজা অমা।

ক্লবকী রাবী শান্নফমদা উজাউ তকক
মুশি মুশিবা তোৎশিন্নববা মঙালদা শোব হোল্লি
বৃটিশ শাসন মতমদগী শমথহৌরিবা ইংলিশ নুপা অহুম
শিখ অমগা সিদনী ৫েস্তকী রাবী কপ্পা শানবি,
চীং-লেম্লবী ভাবতকী লুখ্রাবীশিংনা ব্রিজ শান্নে, হবিজন অমনা
নোম্থবহুনা লৈমাই শীৎ-শেংলি, অদুগা চৎখ্রে,
মকশিল্লবা থরাম্মিচাক অমা ঐগী কোক্তা পোকখাযবে,
গ্রেনেদ অমনি ( **পেরিশতা মখোয়না মৈ থারি,**
**কেপিটেলিজমগী মন্দির ওইরবা স্তোক একচেঞ্জ)**
উচান পাম্বীশিংনা চীংবু কৃপশিল্লি,
উফুল অমসুং উচেক্কী খোঞ্জেলশিং
মৈ হৌববা নুমিদাংরাইবমহুদা।
মিংচৎ লৈত্রবা পবেংশিংসি ঐনা ই

# কবিগী মোংফম

লাইবিক অসি

গিলাস অসি

খঙবা ঙমদ্রবা পান্বী অমগী অশংবা মখোক অসি

বেকোর্দ অসি

ঈশৈগী ফমুংদা তুম্লিবী ফজবী

মমিং মযামদা ঙাওববা পোৎলমশিং

মখোযবু মীৎ কয়াগা লোযননা হাযননবা

খঙঙমদ্রবা লমদম কদাইদনো ঐ হাযবা ঙমদে

মখোযশিং অসি যোৎপী থাজিল্লু

পেন্সিলনা যেল্লিবা মীগী লাইসিদা মৈ থানগৎলু

ঐনা উবিবা অসি

যোৎপী থাজিন্দুনা থন্নবা

খুকন্নবিবা লাইশং অমগুম্না

মসি শেমগৎসি

উ অমগুম্না

লাই অগুম্না

মসি মকোক্তা পুখৎসি

মমিং অমনা

শিবা নাইদনবা

তীংখংগী নোক্লিংলবা লুহুপ

ঙাঙথোক্লবা রাক্ষম !

পাম্বী মখোক অমসুং মাগী শোয়দনা শাৎলগদবা লৈ

নুমিৎ হকতিন্নবা-নুমিৎ

মমি তাদবা লৈরাং

মফম খঙদবা অবাপ্পা লমদম

হাংদোরক্লি

লৈখোঙ নোংখোঙগী মতৌগুম্না

হাংদোরক্লি

মশা নান্না পাকথোবক্লি

পোৎলম কয়া পুরিবা তরু তরুবা

তুথখি

হৌগৎলকখি

মীৎয়েং অমদা

লৈখি

রাখল তৌরহনা

থাজ ময়াম মশীং হেনগৎলক্লি

নাপীগী লমহাঙ লান্না

সংসার ময়ামগী চবুল

মীকুপ কয়া

মৈহৌরিবা চবোংশিং

থরাম্মিচাক্কী লেঙলিবা উমংশিং
কোয়না চৎলিবা খোম্থোকশিং
লোইবা নাইদনা তাখিবা লৈঙোই মকৃপ মশীং নাইত্ত্রবশিং
ঈথক হৌরিবা

মতমগী মতম পুন্নমক্তা

## গুইননবা

মীৎকৃপ অমগী মচেৎ অমা
পেন্সিলনা য়েক্লিবা লাই অহু মৈ থানগৎলু
মক্ষম অসিদা ঐ কদাইদনো হায়বা ঙমলোই
মিং অমা

হৌরকই
মহুগী মথক্তা ফাজিল্ল, হৌহল্ল, মহুদা হায়যু
রাখল খল্লিবা উমং অমগুম্না
হিংজল্ল

শাগৈ অমা হৌবে
মিং অমদা
তাইবঙগী অহানবা মী অমনি
খুকম্নবিবা লাইশং অমগুম্না

মমি লৈতবা মিং অমা
য়োৎপী থাজিনখ্রে
লাই অমগুম্না
মক্ষম খঙদবা মক্ষম অসিদা
ঙাঙথোক্লবা রাক্ষম !
হৌবকপদা ঐ লেপ্লে

ঐনা হায়রিবশিদা

ঐ লেপ্লে

ওইননবা

খুদক্কী মিং অমগী মমি

(ঐনা কিশিনখিবসি কোমথোরকপা ঐনা কৈদৌঙৈদা খঙবা ঙম্লরোই)

# নোংঙাল্লকপা

নুংশিৎকী খুৎশাশিং অমস্তুং চীনবানশিং
ঈশিংগী থম্মোই
ইউকেলিপতস পাম্বী অম।
লৈচীনশিংগী খোঙদাফম
নুমিৎ খুদিংগী পোক্লিবা পুন্সি
পুন্সি খুদিংগী পোক্লিবা অশিবা
ঐনা ঐগী মীৎ নোইঃ
অতিয়ানা লৈমায়থক্তা চৎলি।

# খুদক্কী খোম্থোক

থোইনহুম

উশাথক্কা নত্তে

নুংশিংতা

নুংশিংতা নত্তে

খুদক্কা

ঈশৈ ঙংলিবা উচেক

কায়রবা ঈশিং পুন/৬১

# অরাপ্পা যুমল্লোন্নবা

ভবাং অহীং এশত্রি কৌবা উ অমনা
রা ভাঙগে তৌখি—
অহুবু মা ভাঙখিদ্রে

এশত্রি— ইউবোপতা যাম্না মমিং চৎপা উনি। রাংভি, তনাপ তনাপ্লি কৈবাক শাবদা, থাঙ তাগী মখোক ওইবদা, লৌউ শিংউগী খুৎশু খুৎলাই শাবদা যাম্না কান্নবা অউইবা উনি।

# অমা অমসুং অমহা

( এণ্টোন রেবর্ন ১৮৮৩-১৯৪৫ )

মালং ময়াম

মালং

ময়ায় লৈতে, মথক লৈতৈ, মখা লৈতে

মশা মথন্তা চাথোক্লি, পোকথোক্লি, লেপ্পা লৈতে

মালংগী নোংলৈ

অত্থুগা অরাংবদা তাশিল্লি

মালং ময়াম

তশেং তশেংবশিং

মণি-মুক্তা মতুম কয়া থোক্লা কক্লি

য়ান্দুনা লৈরি

নুমিদাংগী অশেংবগী

অরংবা নুঙজাউশিংগী মম্লবা লৈকোলশিং

মৈখুগী উশাশিংদা লৈ ওইনা শাৎকায়রবা

কায়রবা ঈশিং পুন/৬৩

নুংশিৎতা পোকখায়রিবা ঙাল্লবা লৈকোলশিং
মালং ময়াম
খোঙদারক্লিবা মালং অমনা হাইদোকই
লৈগী মায়থোঙ
অহুগা মাঙখ্রি
মালংদগী মালংদা
মফম অমত্তুদা পুম্নমক লৈত্রে
খঙঙমত্রবা লুহোংবা ময়ামগী মফম্নি ।

# ইবা

ময়েকশিংসি ঐনা য়েক্লি
ঙসি নোংজানা মাগী শক্তমশিং য়েকপগুম
অতুগা মখোয়গী মথক লান্না হুমখিবগুম

অমস্থং অমুক হল্লকখিদবগুম

কায়রবা ঈশিং পুন/৬৫

# য়ানবা

কার্লো ফুইক্রুটসকী মফমদা

মথক্তা ঈশিং

মথাদা মোংশোঙ

শোবোকশিংদা নুংশিৎ

মখোল থোক্ত্রবা গুহা

বালটিনগী অমুবা লেঙজ্রবা ঈশিং

ঈশিংনা উপালশিংদা কুমথবক্লি

অতিয়ানা চীনবান কয়া তম্না কাখৎখ্রি

## নহা ওইরিঙৈ

ঈথক্কী রাংখৎলকপা

নেমথখ্রে

পূংজা খূদিং

শংবা হেল্লক্লে

নুমিৎ খুদিং

নৌথোবক্লে

অশিবা

কায়রবা ঈশিং পুন/৬৭

# কম্পাস মতোন্না তাক্লিবা মফম

## পূম্নমক্কগী নুংশিৎ

তৌজিক্কী মতম কবিমক্তা লেঙওৎখিদ্রে
চীংজাউশিং শরুঙাক্কনি, উন ঙাক্কনি
অহৌবা মতমদগী মফম অসিদা লৈরক্লিবনি
নুংশিৎ অসি চপচানা লৈরকখিবনি
যুগ নাইদনা
মঙাল অমম্বুং উফুলগুম্না
মখোলগী নুংশিৎমপীগী মিল
কৈথেল অসিনা মাগী মচু কয়া পূথোক্লি
কাংশীশিং, হরাগাড়ীশিং, রেদিওশিং
অমুবা গধাশিংগী অথুবা অকনবা খোঙকাপ
ঈশৈগা রাকৎপগা য়েৎশিন্নরদুনা
লল্লোনবশিংগী মকোই ময়াম মরক্তা
নুঙথংনা য়ৈদুনা শেমলবা রাংলবা থাউমৈ
অচীকপগী কাথোরকপা মফমশিংদা
নুপামচাশিংগী খোঞ্জেল কয়া

পোকখায়

মল্লবা ফিজোল শেৎলবা নিংথৌমচাশিং
নৈহৎপিরবা তুবেলগী তোর্বানশিংদা
লাইশোল্লু মপাল খোকতোকউ লাইনীংঙু
হৌজিক্কী মতম করিমত্তা লেঙওৎখিদ্রে
চহীগী শাফু য়াওরবা ঈশিং থাদোবক্লে
নোং থুনা কামথোবক্লে
শক্লাইরবা মার্বল শান্নবগী
তাহুনা লৈববা উচেক
অনুতাপ তৌবিবা মোণ্টালামবর্ট অমস্থুং বাক অনীগী মবক্তা
নুপীমচা অমনি
ফাজিন্দুনা থম্লবা
মীৎকম কয়াগী চীংচেপ মচীদা
ঈশিংনা মৈ ওইরবদি
মৈবীনি
মীৎথক্লবা
কোয়শিল্লবা পূংজাগী ময়ায়দা
ঙাঙলৈনবা শগোল মচা
মৈবিক্কী চৎলিবা লান্মী বেটালিয়ন অমনি
তশেংবা নুপীমচা অমনি
তম্নলাই মাল্লবা যুময়াম অমস্থুং মী মবক্তা
ওইদ-ওইরবা ঈশিং ঈফুৎ অমগী শক্তম্নি
ইশাগী ইওই ওইদবশিংদা ঐনা য়েংথখি
মাগী মথুৎ ঐনা পায়খি
ঐখোয় অনী পূন্না লানমিন্নখি

মায়কৈ মবিমক অহুমলক হন্না
রাখলগী কোয়তাউ তাউবিবা চাওখৎত্রিবা মী কাঙলুপ্পি
অহৌবগী নুমিৎতুদা ঐখোয় হল্লকখি
হৌজিক্কী মতম কবিমন্না লেঙওৎখিদ্রে
জুন কৃনমাথোইনি
ঙসি অসি কালেনথা হৌবা নুমিংনি
উচেক অনী নৎত্রগা অহুমনা
লৈকোল অমা থিদোকই
নঙনা লাইবিক পাবি অমম্বুং অথুম্বা উহৈ অমা চাবি
অঙাঙবা ফমুংদা
ফীজোল শেৎতনা
লীক্লীগী থক্নংদা হাপ্লবা যুগুম্বা
কাক ময়ামগী অচৌবা শঙ্গুনি
ঐখোয়গী ইচিল ইনাওশিংনা সাম্বা দোমিঙ্গোদা শিগদৌবি
'ঐখোয়না খুৎলাই লৈবল্লবদি
নখোযগী মীনা মফমসিদা লৈবল্লোইদবনি'
পাম্বোম ফাওবা য়ৌনা ঐখোযগী খুজিল শায়খি
মার্গা কালেন্থাগী লানবন লৈকোল মনুংদা
টিপু সুলটান্না জেকোবিন হায়বা উপালহ থাখি
অহুগা গ্রাসকী শম্বী মপাক য়েনখি
বন্দি ওইববা অফিসাবশিংদা
অহুগা মউনশিংহু খোক্তোকউ হায়না হুকুম পীখি
অহুগা মখোয়হু চাও হাযখি
হৌজিক্কী মতম লেঙওৎখিদ্রে
নঙগী থবাক থরক্তা নুমিৎনা তাশিন্দুনা তুমখ্রে

কুপ্লিবা অঙাঙবশিং মুশিনখ্রে, অমুক রাংখৎ-অমুক নেমথ তৌবি
উপগ্রহ নত্তে সনাগী লৈতেং নত্তে

উহৈনি

নঙগী নমিং থোল্লে

তারিক

তাবিক মচা

'নঙনা-ঙমজববদি-থাদোকউ' হায়বগী দলান

ফজনা ঙাঙলবা দাকক্ষম

থশ্মোই কল্লবা নুঙগী মথক্তা
যুমগী মনুংদা

দলানগী তোঙখৎলবা লৈতেম মান্নবা লম

সিডি থাকশিং

থুগায়খ্রবা লুহোঙবগী কাজাউশিং
বৃশ্চিক হায়বা তীলদুগী

হন্না হন্না য়ৈবক্লিবা খোন্থাংশিং

ঘড়ী অমগী কুপ্লবা অমস্তুং ঈবাং হৌবা থবকশিং

মতমগী রাংমদা

নঙ লান্থোক্লে

মীনুংশি খঙদ্রবা নুংথিলগী মবোল থোকউ য়াদ্রবা শুমাংশিং
নহাক্কী শোক্তিৃবা লেংজমগী মথক্তা যেত্তুমগী ফীজোল
মৈনা ঈশিং ওইববদি

নহাক মনুং ফাওনা উবা য়াবা মবীক ঙমনি

তশেংবা নুপীমচা

মালেমসিগী মনুং মপান ফাওনা উবিবা

হৌজিকী মতম লেঙওৎখিদ্রে

চীংজাউশিং

যুম যুমদা লৈথ্রবা নুমিৎশিং

লৈপাক্লা নাপু শারবা নুঙ ওল্লবা নোংলৈসে

নুংশিৎনা ফুরিবা

য়েংবদা থম্মোই শোকই

অতিয়াসি অতোপ্পা হেন্না লুবা নোরোক্লি

শলাংপাসকী চীংজিন

মকশিল্লবা নুঙজাউগী মথক্তা মকশিল্লবা লৈচীল

ঈগী খুত্তুম্না য়েবি

নুঙগী কোম্মোঙশিং

ঈশিংদনা মীওইবগী মতৌগুম্বনি

ঙম্লবা অচীকপা মরক অসিদা

মীওইবগুম্লবা ঈশিংগী নঙগী নমীৎশিংতনা

মফম অহুগী মখাদা

চেকখায়ফমহুদা

অপাম্বগী অমুবা মশা অনীনা নঙবু কুপশিল্লি

নমীৎশিংনা খংপাঙ পাঙঙি অমস্তুং উইশিল্লি

অয়ুক্কী থরানমিচাককুম্লবা শাশিংনা

আ মখাদা

শাউরবা পুরোহিত

শন্দোক্লিবা অমস্তুং চাইখায়বিবা ঈথক্লা

নঙগী নখোঙ ফাক্তোক্কুনা

লুপশিল্লিবা অঙোবশিং

নঙগী হকচাং কায়াৎশিংগী কোঙ্গোল মাঙহনগ্রে

হৌজিক্কী মতম লেংঙৎখিদ্রে

ঋষিগী মোংফমদা মুনিনা ঈশিং চাই
মকোইদি লৈচীলদগী হেন্না ঙৌই
হৈজামপেৎকা মায়য়োক্লরহুনা
কন্না চেল্লিবা ঈচেলগী তোর্বান্দা
ঐগী মিং হন্না হন্না নঙনা হায়
খোম্থোক ময়াম থুগায়হুনা
মমীৎ শংবান্নবা নহা অমনা নঙোন্দা খূদোল তৌখি
কফোই অমা
অমূ-দর্য়া তুরেলগী অসোম ৱাংমদা
ৱাশিয়াগী খাংপোকশঙশিংদগী মৈথু কারকই
উজবেক্কী বাঁশী খোঞ্জেল
নশক উবা ফংদবা লূনা নান্না চেল্লিবা অতোপ্পা তুরেল অমনি
হিহোনবনা
হিথক্তা য়েনগী মখৌরী মেৎথৎলি
খুঙ্গংগী মায়গৈগেসি তিংথোক্লবা খুবাম্নি
মাগী পরিংশিং
থুগায়রবা ময়েক অমগী খূদমশিংনি
প্রেরীগী লমহাংদা যনবীগী শরূশিং
বেক্তি্রয়া
থুগায়বা নুঙগী মূর্তি
উফুল্লক্তগী ঐনা মিং খরা ইথোকই
তুকথরবা খোম্থোকশিংসিনা
মৈনা চাক্লবা কফোই অমগী মরূশিং
লৈপাক অমসুং নুংশিৎ ওইজগে হায়না ঐ ৱাশকই
উরু উরু লৈরহুনা

নহাক্কী শরুশিংগী মথক্তা

হৌজিক্কী মতম লেঙওৎখিদ্রে

মাগী উপালশিংগা লোয়ননা নুমিদাং কুমথরক্লে

মৈ হৌরবা তীলকাঙশিং অমসুং মতু নাল্লবা শাশিংগী নুমিদাং

অশিবা কুপ্লিবা নাপীশিংগী নুমিদাং

অরাপ্পদগী লাকপা ঈরোও কয়াগী ঈতিনক্ষম

মখোল থোক্লিবশিং

সংসার কয়া অকোয়বদা শন্দোক্লরে

মালেম অমা তারক্লে

মরূ অমা চোংখৎলক্লে

রাহৈ খুদিং মিহুল হুল্লে

মরুমদুদা নহাক্লা হীক হীক কপ্লিবা ঐ তারে

পুংশীং তাকপা যন্ত্র অমগী মওং লৌরবা পাখোঙ অমা

তুম্লিবা নুপী

মালং হিংলিবা মালংশিং

অনিমা মন্দী

ঈমামবীগী শক্তম

মশামক্তগী মতম পূম্বদা শেৎতোকখ্রবা

নহাক্কী অহাঙবা শিয়োমদা মতম পূম্বদা তারিবা

অনিমা মন্দী

কোয়না চৎলিবা চাউখৎত্রিবা মী কাঙলুপকী মমা

নুমিৎশিংগী অমদি মীয়ামগী

মালংশিং মমায় লৈরে

হৌজিক্কী মতম লেঙওৎখিদ্রে

মালেমসিগী মতোন্দা

শিব অমসুং পার্বতী কোন্নরি
অমুক কোন্নবনা শতাব্দী অমনি
লাইগীদমক অমসুং মীগীদমক
চপ মান্নবা মতম অমনি
চপমান্নবা হুম্ব্রেনি, হাংমৈ কোকথোঙ ওনবনি
লাহোর
অহাঙবা তুরেল অমুবা হিশিং
খোঙউপ তোংদবী নুপীমচা অমা
মঙ্গে পাম্বী অনীগী মরক্তা
অমসুং মতম নাইদবা মীৎয়েং
চপমান্নবা মিহুল খুৎচোং অমা
শিবা অমসুং পোকপা
পোপ্লর উগী উকোন অমা
অতিয়া অমসুং মালেমগী মরক্তা হাইদুনা লৈখি
মখোয় উনাশিংনা নীকপদগী হেন্না মঙালগী থক থক নীকপনি
মখোয় ৱাংখৎখিব্রা
নৎত্ৰগা তুথগ্রবা ?
হৌজিক্কী মতম লেঙওৎখিদ্রে
ঐগী অঙাং ওইরিঙৈ মতমদা নোং তাথরকই
অরুম হৌরবা লৈকোলদা নোং তাথরকই
নুঙগী লৈশিং মৈখুগী উপালশিং
নঙনা তাউহল্লিবা থৈবোঙ মনাগী মনুংদা
ঐগী পীশুমদা
নোং অহুনা নহাকপু চোৎহনখিদে
নঙদি ঈশিংগী মৈরীনি

মৈগী মনূং মপান ফাওনা উবা মরীক্তি

ঐগী মীৎপানশিংদা হৈথরক্লিবা

ইশাগী অওইবা নৎতবশিংদা ঐনা য়েংথোকই

নুমিৎ অহুমক হোৌরে

মালংনা চাকা উঙলে

মালেমনা মশাগী মরাশিং চেৎনা য়েৎশিল্লে

ঐখোয়গী হকচাংশিং

তিংথোকখি

অয়ুক অঙনবদগী হেন্না লূমখিদে

# মাদ্রিগল

তাথরিবা ঈশিংদগী
হেন্না  ময়েক শেংলিবা
অঙ্গুর পাম্বীগী অরোঙবা মনা মরক্তা
ঐগী রাখলনা খোং অমা তিংথোক্লি
নশামক্তগী নশামক ফাওবা
নঙোন্দা য়েংলি
নঙনা লৈরিবা হকচাংদুদগী হেন্না চুম্না
ঐগী পূক্নিংগী ময়ায়দা থম্লদুনা
নঙদি ঈথৎ অমদা লৈননবা পোকখিবনি

কাম্বরবা ঈশি পুন/৭৭

## ঈশিংগী শোজৈ

ঋষিকেশকী মতুংদা
গঙ্গা তুরেল মচু অমুম শংলি।
মিংশেলগী মিৎযেং লোইশিনকম্না
চীংদোন মবক্তা মাঙখি
ল'লবা নুংগায মথক্তা ঐখোয চৎলি।
থক্তা অমসুং খাদা
অচীকপগী চাউববা সমুদ্রগী কাচীন ঙাক্তনি
শংবান্নববা মালং মযামদা
আ'ঙৌবা নুংজাউশিং, অমূবা লৈচীলশিং।
নঙনা হায়খি :
Le pays est plein de sources
নুমিদাং অতুদা নঙগী থবাকশিংদা ঐগী খুৎশিং চামথোকখি।

# লাইফম

মিং অদো
মাগী মমিশিংদো
নুপা অদো নুপী অদো
শরীক মখোক্তো শরীক অদো
'আই' অদো 'ও' অদো
অৱাংবা য়ুম্বীদো গুহা অদো
মফম তাক্লিবদো পুংফম অদো
শক্ক অদো গুলাব অদো
ঈশিং চাইথরক্লিবদো মোংফম অদো
ঈশিং পেরেদা মৈরি অদো
মচল অদো অহিং অদো
তুরেল অদো শহর অদো
জহাজগী মখাদো ফাজিন্নবা খুৎলাইদো
মীগী গর্ভদা গর্ভগী মীদো
মী অদো
মিং ময়ামগী মাগী হকচাং অদো
ঐগী মিংদা নঙগী মিং নঙগী মিংদা ঐগী মিং
অমনা অতোপ্পদা ওনশিল্লিবা অমনা অতোপ্পদগী ওস্থোক্লিবা
অমনা অতোপ্পগী অকোয়বদা
অমত্তুনা অতোপ্পত্তুগী মন্নুংদা
মমিং লৈতবদো

## ইলেফেন্তাদা নোংমাইজিং মুমিৎ

**শাপ**

ৱাংলবা অশাবা মুক্তিশিংগী মখোঙ মখাদা
মহমদনশিংনা অমসুং পোর্টুগীজশিংনা শকফম কায়হল্লম্লবা,
মীয়াম্না মচা মশুশিং থনম্মী,
কাকশিংগী অমসুং কান্নদ্রেবা হুইয়ামগী অচাপোৎ।
অমুকহন্না শায়োন তৌরবিবা লাই লৈশীংদা ঐনা চৈ
অমাংবা মপৈ মথক্তা অমমম থম্লহুনা
অহুগা অতৈ অতোপ্পশিং
অহিংবা হকচাংগুম্বা
হকপা ঙমখিগনি, যুগ কয়াগী,
মুক্তিশিং থৃগায়রম্লিবা কাঙবুগী নোরোক্তা।

**খুরুম্বা**

শিব অমসুং পার্বতী :
ঐখোয়না নখোয়বু লাৎলি
ঈশ্বর ওইনা নত্তে
মুক্তিগুম্ননি

মীওইবগী ওইবা ঈশ্বরগী গুণগীদমক।
নখোয়দি মীওইবনা তৌরিবহুনি
মীওইবনা তৌকম থোকপহু নত্তে
শূ-নোম্বগী রায়েল থৌদা পাওথোকপা মতমদা ।

শিব :

নহাক্কী খুৎ মরিনা তুরেল মরিনি
ঈফুৎ মরিনি।

নওনা ওইরিবা পূম্নমক ঈহৌকম অমনি
মফম অহুদা নীংথিরবী পার্বতীনা ঈরুজরি,
মহুদা চীংলেম্নবা হি অমগুম্না থক খা হঙ্গৎ হন্দা চৎলি।
নুমিৎকী মখাদা সমুদ্রনা নীক্লি :
শিবগী চীনবানশিং মোমোন নোক্লি ;
সমুদ্র অসি শাংলবা মৈরীগী মশক অমনি :
ঈশিং মথক্তা পার্বতীগী খোঙ্গুলশিং তারি

শিব অমসুং পার্বতী :

ঐগী লোয়নবী ওইরিবী নুপীগা
ঐগনা

নখোয়দগী করিমত্তা নীজদে করিমত্তা
অতোপ্পা সংসার অমদগী :

অমথক্তং
সমুদ্রগী মথক্তা মঙাল,
তূম্না তূম্না সমুদ্র অমসুং কংকালগী মথক্তা খোঙনা ইয়াং য়াংনা চৎপা

# লৈকোল অনৌগী পাউরো ৱারী

য়ুম অমা লৈকোল অমা

লেঙদবা মফম নত্তে :

মখোয়দি উরুরু লৈবনি, লাকই চৎখি

মখোয়গী তূত প্রেৎশিং

মালংদা শক্তম লাংঙি

অতৈ মালং অমা

মতমগী মনুংদা মতম কয়া

মখোয়না মাঙখিবা

থাদোক্তুনা থমলম্বা নত্তে :

ঐখোয় চাকথেক্লমগনি

মীকুপশিংদুগী চাক্লিবা মৈরি অমনা

করিগুম্বা মীকুপ অমা শাংথরম্লবদি ।

মাঙখিরম্মী

মতম লৈহন্দনবা

মচেৎ মচেৎ

ঐখোয় শিরে :

লৈকোল অমা লেঙদবা মফম নত্তে :

ভাঙলৈনবা লৈঙোইগী খোঙলম্বী অমদা

ঐখোয় চঙলে

ঈশিং মরীক অমা

ময়ায়দুদা ঐখোয়না থকই

তরু তরুবা অশঙ্ বশিংদুদা

ঐখোয়না কাখৎলি

পৃং কয়াগী খোঙচৎ মতুং ইন্না

মথক য়োনা

নুংশা মঙালগী মঙোল য়োনা

ঐখোয়না কূমথৈ

মখা য়োনা

মতুগী চাকথেক্লবা অঙাঙবা উৎয়াম্লক্তা

নুমিদাংগী তুরেল ময়াম ; লৈকোলশিং থাপতোকখ্রে।

মিক্তকোক লৈকোলদু অশিবা হকচাং ওইরম্মী

অশোকপা কয়ানা য়োমশিল্লদুনা ;

অর্কিটেকচব অমা

মমৈ মকোক ওস্তোক্লবগুম্না।

ঐ অপীকপা নুপামচা অমা ওইরম্মী

লৈকোল অদু ঐগী ইপুবোক মাল্লম্মী

ঐনা মাগী অশংবা মখোঙশিংদু কোল্লদুনা কাখৎলম্মী

জহাজ অমগী মাস্তুলশিংনা

লৈকংদা তারকপনি খঙদনা।

লৈকোলদুনদি খঙখি :

শিরগদবা বন্দী অমনা য়াম্থরক্কদবা শীংজঙ ঙাইবগুম
মহাক্কী অরোইবা মতম ঙাইরম্মী
হৈবোং পাম্বীহুনা ইমানি
অমদি লাইরেম্বীনি :
শাউরবা তীলকাঙশিংগী খোঞ্জেলদো
ঈগী খোঞ্জেল থোক্ত্রবা ক্রমশিংদো
কোরৌহনবদো
অমদি মাগী নূঙথংদো,
মশীং নাইদ্রবা মশা ময়ামগী অশংবা খূৎকোন
মউদা য়ুংশিল্লিবদো।
পৃথিবী তংখায় খায়দোক্লে :
অশিবা উথ্রে হায়না ঐ থাজখি
ঐনা উবদা
অহিংবগী অতোপ্পা মায়থোঙ,
অহাঙবদো :
মতমচুপ্পগী শক্লাইদবা অরংবা :
এজস্কোগী পীশুমদা
ওমশিল্লিবা
অঙৌবা চবুনশিং
ঙাংলৈনবা তোংশা নত্তনা
অতৈ ওইদ্রিফাউবা :
হৈথরক্লিবা অমুবা ময়াম্না
লমহাঙ পূম্বা কূপশিনখ্রে।
মৈথক্তা নোং তারকই।
মেক্সিকো : ঈ তৈরবা নূংথক্তা

ঈশিংনা জগোই শারি।

মিংশেল ময়ামগী থাশীং থাবান।

ককচেং মকোল,

মহুগী মনুংগী থৌরম ময়াম :

তমথীরবা মঙালদা লুপশিনথবা

ঐগী ককচেং মকোলগী হকচাংসে শেংদোক্লে,

অহুবু মহুদা লোৎলরি

ঐগী মাওতাক্লবগী লাইহৌ হৌরবা দলাল।

তীল কাওগী মশাশিং

অমদি হৌরবা ঈশৈশিংনা

অকংবা নাপীশিংবু হাইদৎলি

মঙাল, মঙাল :

মতমগী মচি অমদি মানা পুথোরক্লিবশিং।

থাতুগী-তীংথং পাম্বী

মথা ঙৌরবা চুমশিং

মখোয়গী মকোল মনুংদা

উচেক অদো

মালং খোঙ্গাউনরহুনা,

অরাম্বা, চোকথবা, লৈঙোইগী নোংলৈ :

নুংশিৎকী খঙঙমক্রবা খুদক্কী লাইফাউশিং।

উচাল পাম্বীশিংনা ইথক্তা রারী শাজবা তম্বীখি।

লৈকোল অহুদা ঐনা কায়ন-রাহৈ হায়বা তমখি।

অহুগী তুংদা লৈকোল ময়াম লৈখিদ্রে।

নোংমা,

ঐ হল্লকপঙম্মা

ঐগী যুম নত্তবদা :

অহুবু অহৌবগী অহৌবদা

ঐ অশেঙবা অমদি ফঙ্‌লে,

লাওনা হাংদোক্লভনা

শাগৎলবা

মঙাল অমসুং ঈশিংগী ইন্দ্রি শুমহৎনা শান্নবগীদমক ।

খায়দোক্লবনি, তিনশিন্নবনি :

অশংবগী হবাওখোলদগী

শংবান্নবগী অচোৎপফাওবা চাংলৈনবিবা উৎয়ামগী মবক্তা রাউ-
থাংনবিবা ফাওবা

হেন্না শোর্কচিল্লবা গুলাপলৈ ফাওবা

লৈনুংদগী লৌথোক্লবা সনা ফাওবা অশংবগী অশংবা ফাওবা।

নুমিদাং অদো ঐনা নিম পাম্বীগা থেংগাযনখি।

মাগী উশাথক্তা

অতিযানি, তমথিববা মাগী মণি-মুক্তা পূম্নমক্তা।

মৈশা অদো

চাউববা তাশিল্লবা মখূৎ অমনি।

নহাক তাবা ফংলমগনি

মবাশিংগী অকপ্পা খোঞ্জেল,

মালংনা পাক চাউথোবকপা

চহী অমগী তপ্পা মওং মওং লৌবক্লিবা।

উফুলগী মাযথূমগা লোয়ননা,

অচীকপগী খুৎলাইশিংগা লোযননা

উ অহুনা য়ানিংখিদে ।

খাঙবা কনবগী শক্তমগুম্না চাউ-শাংলিবা মহাক্কী।

মীকুপশিংগা শতাব্দীশিংগগী চোয়-চাং তম্লিবা বিচার মহাক্কী।
খৈরোইশিংগী মকোল, উমু উচেকশিংগী কাইদোংফম।
মাগী মশাশিংহুনা
থাজ ময়ামগী ময়ুম ওইরম্মী।
পাঙ্গল হায়ববুসি
থাজববুনি :
শক্তিনা অয়াবহুনি :
মঙোন্দা অরোইবা লৈতে।
অমমমনা মপূম্নি
অতোপ্পা মপূম অমদা
অতোপ্পা অমদা
থরানমিচাক চবুননি।
চাউরবা নিম পাম্বীনা মশাগী পীকচবা খঙজখি।
মাগী মখোঙদা
ঐ হিংলম্মী হায়বা খঙখি,
অশিবা হায়বসি মথন্তা শাংদোকচবনি
ঐ খঙখি,
অতুগা ইশানা য়াজদবহু পাক চাউবকপনি।
হেক্তিম্না চাশিনবা অমস্তুং নাপলগী মবক্তা
পুন্সিগী অরাম্বা
নত্রগা অশিবগীদমক মিহৌজবা,
লংদাইনি।
উ ময়ামগী সভাদা
ঐনা ইশাবু থেমজিনবা তমখি,
ইশামক্কদি নত্তে :

অতুবু ঐবু থক্কা

থাঙ্গৎপিরগা লেঙহন্দনা থম্বীরগা ঐবু তাহল্লকপত্নুগনি।

ঐ নুপীমচা অমা থেংনখি।

য়ানশিন্নবতুনি

কালেন্থাগী নুমিৎকা অশিৎ অন্নাম্থাগী

নুমিৎকা : মাগী মমীৎশিংদো।

খোরীথক্কা হরিবান্দোং শান্নবশিং, পাঞ্জীশিং, উট তোংবশিং পামজবীনি।

ঐনা সমুদ্রগী থাউমৈ শেন্নবশিং, মহৈ হৈবশিং অমসুং সাধুশিং **পামজবনি**।

ঐখোয়গী হকচাংশিং রারী শানৈ, অতুগা পূনমিন্নৈ, অতুগা কায়নখি।

ঐখোয় ময়ামতু কাইনরে।

মতমদো নোংজুথানি :

নাপীনা শন্দোকলবা অতিয়া ময়াম

অমদি ঈরাং হোৌরক্লবা নুংশিৎ

লমখায় থুদিংমক্তা

পাউরৌ রারীসিগী নুপীমচাগী মতুংদা,

নোং নুংশিৎ হৌরবা পাৎচাউগী হিহোল্লিবা নুপীমচা,

ঐনা মাবু অলমেন্দ্রিতা মিংথোনখি।

মিং অমা নত্তে :

অকিবা লৈত্রবা হি মচানি।

নোং তাখি,

পৃথিবী মফি শেৎখি, অতুগা অসুম্লা মফি য়াওত্রে

লীনশিংনা মথুন্দগী লীৎথোক্লরকখি,

থা অদো

ঈশিংগী ওইখিরম্মী,

স্বর্গদগী মহাক্কী শমলাং হাইথবক্তে

মহাক্কী শম্বুনশিং

মপান নাইত্রবা তুবেল ময়াম ওইখি,

তুবেলশিংনা খুঙ্গংশিং কুপশিনখ্রে

অশিবা অমসুং অহিংবা অমত্তা ওইখ্রে,

লৈখোম অমসুং নুঙশাগী শতুম ওইখ্রে।

মবাং কাযববা অপাম-মিহৌ অমসুং কুমলায়নাগী মতম

অখাক অরাউগা লোয়নববা নোংমৈ শীংজংগী মতম

যা চন্দন পাম্বীগী মথক্তা

ইতোই তোইববা মতম কযাগী চাবোক্লিবা থরাম্মীচাকশিং

পৎথ পুমথবিবা

অমুক হিংগৎলক্লিবা

মহাক্কী অঙাং পোকফমদা

ইমা ভাবত

ং'শাবিবী ভাবত

বীয্য অমসুং মহীনা লপ্লবা হুগুম্লবা মহীশিং।

যুম অসে চোযচাং ওম্লবা খুৎলাইশিংগী হৌবকফম ওইবে।

অলমেন্দ্রিতা :

নুংশিৎকী শাথেক অমসুং খংলাউ লাউবগী মবক্তা মৈবীনা লেঙদনা

লৈবে,

পাম্বীগী লা মযামগী অহীং অসিদা

অশংবা নুংশিৎ মৈচাক্কী মখাক,

হামাজ্রায়াদ,

যাকশী :

অশুকপা উমংদা নোক্লিবা.

অমম্বা উমংগী অহাঙবদা অঙৌবগী মফম খঙদবা পলহনফম
শকওংদগী

ঈশৈনা হেল্লিবা.
ঈশৈদগী উচেকশিংনা হেন্না পাইরিবা

উচেক্তগী নুপীনা হেল্লিবা ;
কোরৌহনবনা নহাক্কী পূক ওইরিবা,

ঈশিংদা কোরৌহনবা,
ঈশিং চফূদা কোরৌহনবগী ঈশিং

ঐগী থবাক্তা নুমিৎলৈ মরূ অমা থাখি
শন্নাইরবা ধাতুগী মূর্ত্তি

নোংশাগুল্লবা সনা মচু মাল্লিবা
শরুগী লৈকোলদা মৈ চাক্লিবা মরূ মরাওগী কোকলেন অমা

অতিয়াদগী চুরাং সিউনা ডাল্লিবা থরানমিচাকশিং নিখি
নুংশিৎতগী মাগী কোর্ত্তানশিং নিখি
মাগী শিবগী যজ্ঞগীদমক।

ঐখোয়না নিম পাম্বীবু ঐখোয়গা লূহোংবিয়ু নিরি।
লৈকোল অমসে লেঙদবা মফম নত্তেঃ
মসিদি হোংদোক-হোংজিন্নি।

হকচাংগী অপাম্বা অমনিঃ
ঐখোয় কদাইদা চৎকদগে খঙদে

চৎখিবনা ফরে
চৎখিবা হায়বসি লৈবনি।

কোয়লৈ লৈরিবা লেঙদবা।
ঋতুশিংনা

অচৌবা নিংথৌশিংগী সিংহাসন কাবগুম্না,

নিংথমথা খুদিং

ওইরক্লিবা চহীগী রাংলবা লৈমায়নি।

মওং তাহল্লবা মণ্ডাল,

খোম্থাং য়ৈরিবশিং, তরং তরং উরিবশিং

নুংশিৎকী অশেম্বা শক্তমশিং

হেক হায়রুবগা অহুম চৎখরে,

খোম্হোকশিং

লাইবক ফরবা ঈথৎশিং!

নাপী মরক্তা কন্না কুপশিনখ্রে

দিমোস্থিনিস হায়বা হৌদোং

চাক্লিবা কোয়লা অমনি,

হৌদোং অমোম সেমিরামিজনা নোংশা মকোকশিং তান্নরি

চাইহুনা কুল্লি

মমিশিং খোম্থাংশিং, থক্তোরকপশিং।

কোকথক্তা :

ক্লাকশিংগী করেম্নবশিং,

আফ্রিকাগী য়েনবা অমস্থং মাগী য়েনবী :

রা ভাঙগন্দ্রবা লোই থাববা নিংথৌ মচাশিং,

মতোক পাল্লিবা হু পুবা উচেক :

মচীন অমস্থং মতোক্না লৈতেংলবা অতুম্বা

মীৎ থক্কৎলবা তেনরাশিংগী অশংবা বোম-তোপশিং

উমাইবীগী লেঙদবা শক্তম

অমুবা

করিমত্তা থিংদ্রবা অতিয়াদা।

## নুংশিৎকী জ্যামিতিশিং

নুমিৎ য়ুংলকপদা য়াঙনা চৎলিবা থরাম্মিচাক চবুন চবুনশিং।
হৌজিক

পূমচীক চৌক্লি

ঈথক অমগী অরোইবদা :

আলব্রাতোস কৌবা সমুদ্রগী অচৌবা উচেক অমা

ঙহাক্কুংদা মাঙখিবা অপাইবা নোংলৌকী মতোন।

ঐখোয় দরবানগী শহরদগী থাপত্রে

(মফমত্তুদা পেশরানা মহৈ তমখি।)

ঐখোয় টেঙ্ক পুবা জহাজ অমা লাম্থোক্লে।

মোম্বাসা তন্না চৎলিবনি,

উহৈ অমগী মমিং থোনখিবা হীথাঙফম্নি।

(ঐগী ঈদা

জহাজশিংগী থবক কনখৎনরকপগী অপূনবা শক্তম্নি

কেমোন্স, ভাস্কো দ গামা অমসুং অতৈ)

ঐখোয়গী তুংদা লৈকোল অহু লৈতৌবে

তুংদরা নত্রগা মাঙদরা ?

ঐখোয়না পুরিবা লৈকোল অহু নৎতবা অতৈ লৈতে।

অতোপ্পা তোর্বান্দা কনানা ঐখোয়বু ঙাইরিবা ?

হকচাংগী অপাম্বসি চৎথোক চৎশিন্নিঃ

অতোপ্পা তোর্বান্দু 'সিদা লৈরে,

তোর্বান নাইদবা নুংশিৎতা মঙাল :

প্রজ্ঞাপরামিতা,

অতোপ্পা তোর্বানগী ঐখোয়গী লাইরেম্বী

নহাক নশামক

পাউরৌ ৱারীগী নুপীমচা,

লৈকোল অসিগী মিৎ-নহা।

ঐ নাগার্জ্জুন অমস্তুং ধর্ম্মকীর্তি কাউগ্রে

নহাক্কী থবাক্তা

নওনা কল্পদা ঐ মখোয়গা উন্নরে ঃ

মিথুন

অমদা অনী,

অমদা পূম্নমক

করিস্তু লৈতবা পূম্নমক

শূন্যতা,

পূমহাঙ হাঙনা মপূং ফাদ্রিবা,

নঙগী নীংহুগুম্না মতুম তারিবা অহাঙবা !

মমিশিংনা লৈশিল্লক্লি

মঙালগী পুথ্রীগী মথক্তা

সমুদ্রগী উচেক কোর্মোরেনশিংলা অমস্তুং ঙারা ?

খোম্থোক তরাতরেৎকী পংখাদা

সমুদ্রদা শন্দোক্লিবা

বাশোনা নৎতবা ঃ

ঐগী ঈমিৎশিংসিনা, কোরৌহনবনা অমস্তুং উচেকশিংনা

ঙসি

পুং মরিমুক তাবদা

মৌরিটানিয়াগী ৱাংখৎলক্লিবশিং

ঈথক্লা য়ৈশিল্লবা ঃ

য়ূমগী কুরাকশিং ঃ

মাঙখ্রিবশিং।

মান্নবগী য়ানশিন্নখিবা মওং

পুংক্ষম অতুমক্তদা

দিল্লী অমস্তুং মাগী অঙাংবা নুংশিং,

মাগী মকশিল্লবা তুরেল

মাগী অঙৌবা য়ুমদোনশিং

মাগী চাইখায়থ্রবা শতাব্দীশিং

অতোপ্পা মওং ওইবক্লে ঃ

ইয়াং য়াংলবা অশেম্বা ফুরা দলানগী মওংশিং

লীক্লীগুম ময়েক শেংলক্লিবশিং

থোপকী মওংগুম্মী

মিংশেল অমগী মথক্তা রাংনা উরু উরু লৈশিল্লিবা

তবং তবংবশিংগী উরু উরু লৈশিনবনি।

লৈকোল অহু মশাগী পাতালদা লূপশিনখ্রে

শক্তম অমা ওইখ্রে

মিংনাইদনা

নত্রগা শকউদনা।

খুদমশিং মুৎথৎখ্রে ঃ ঐনা তশেং তশেংবদা কুপ্পা য়েংলে।

( ইং ১৯৬৮ গী নবেম্বর তাং ২০দগী ২৮ ফাউবা বোম্বেদগী লাপালমা ফাওবা সমুদ্রদা ভিক্টোরিয়া জহাজ তোংদুনা চৎলিঙৈদা ইবা )

## অঙোবা অমসুং অমুবা নূং

'সিমা 'না

নূং অমা হৌনবা থাই

অহাঙবদা

নূং ৱাংখৎলকই

মনুংদা

হনুবা অমা মতুংদা ত্রিম্লি

মাগী মমীৎ পাঙথোক্লবদি

নূং অত্থু পোকথায়

মচীন অমস্তুং মশাগী নোংলৈ

নুপী অমদা

মানা চেস্থখি

শরৎ ঋতুগী মকোই মরক্তা

নূং অত্থু নেমথবক্লে

---

সিমা ঃ জেক ( Czech ) মচানি, লাইয়েকপনি।

মৈ হৌবে
মীৎকী ময়ায়দা
লৈ ময়াম
নঙগী খুবাক্তা
ৱা ঙাংলি
য়াম্থরি
নঙগী থবাক মবক্তা
ঈশিংগী মরোলশিং
নূং মুল্লে
মন্নুংদা
মক্নশিংনা ঈশৈ শক্লি
মখোয় তরেৎনি
মচন-মচে তবেৎ
লীন তবেৎ
নূঙ অশংবা মচেৎ তবেৎ
ৱাহৈ তরেৎ
তুম্লিবা
লীক্লীগী তূবেল খোঙনুংদা
ঈশিংগী শিংলী তবেৎ
ময়ায়দা
নুংগী
মীৎয়েং অতুনা হাংদোক্লিবা।

## ট্রৌব্রিজ স্ট্রিট

১

নুমিৎচূপ্পা নুংশা মঙাল

নুংশা মঙাল পূম্নমক্তা অঙৌংবা

লম্বীদা কনাস্থু লৈত্রে,

থাহুনা থম্লিবা কারশিংতনি

হৌজিক ফাওবা উন তাদে

নুংশিৎ নুংশিৎতনি

অঙাঙবা উ পাম্বী অমা

হৌজিকস্থু মৈ চাক্তু্না লৈরি

ফমজিল্লবা অহাঙবহুদা

মহুদা ৱারী শারহুনা নঙোন্দা ঐনা ৱারী শারি

২

ঐ লোন থোক্তু্রবা কা অমদা লৈরি

নহাক্লা অতোপ্পা মান্নবা কা অমদা লৈরি

নত্রগা ঐখোয় অনীমক লৈরি
নহাক্কী মীৎয়েংনা মী তাম্থোকথরবা লম্বী অমদা
সংসার অসি
থঙবা ঙমদনা মচেৎ থোক্না লাক্লি
নীংশিংবা
ঐখোয়গী খোঙ মখাদা পৎথখ্রে
ইদবা পরেং অসিগী
ময়ায়দা ঐবু থত্তুনা থমখ্রে

৩

থোঙজাওশিং হাংদোক্লে অহুগা মথন্তা লোনশিনখ্রে
নুংশিৎ
চঙলকই অমস্তুং ঐখোয়গী যুমদগী চৎখ্রে
নুংশিৎ
নঙোন্দা রারী শারহুনা মথন্তা রাবী শারি
নুংশিৎ
লোইবা নাইত্রবা য়ুমগী লম্বী অশাংবদা মমিং থোল্ড্রবা
অতোপ্পা মায়গৈদা কনা লৈ কনানা খঙগনি ?
নুংশিৎ
ঐগী কোক্কী শরু মনুংদা লৈহুনা লৈহুনা লৈরি
নুংশিৎ
মানা শোকলুবা পূম্নমক নুংশিৎতা লৈশিনখি
নুংশিৎ
নুংশিৎকী খুৎশাশিংনা চাইখায়রে ঐনা হায়রিবা পূম্নমক
নঙনা উদবা নুংশিৎ অদো ঐনি

নহাক্কী মীৎ ঐনা পাঙথোকহনবা ঙমদে
থোঙ অদো ঐনা লোনশিনবা ঙমদে
নুংশিৎ মপং ওনখ্রে

৪

পুংজা অসিদা ঙহাক পোথাবগী শক্তম অমা ওইখ্রে
ঙহাক পোথাবগী শক্তম অসিনা নহাক্কী শকওং ওইখ্রে
নহাক্কী শাওঙদি ঈশিংগী নত্তবা মতমগী ঈফুৎ অমগী মওঙ লৌখ্রে
কন্না খঙচেন চেম্থরক্লিবা ঈশিংগী মতোন্দা
ঐগী হকচাং মচেৎশিংনা শম্বুন ওন্দুনা লৈরে
ঐনা ওইরম্বদো হৌজিক ফাওবা ঐনা ওইদবন্থু ওইরি
ঐগী পুন্সি অরাম্বা অমত্তা য়াওদ্রে
হৌখিবনা চরা চরা থোকখ্রে
লাক্কদবনা নঙগী মীৎতা ঈশিং খজিক্তং ওইরি

৫

হৌজিক নহাক থোং অমগী শকওঙ লৌরে
নহাক্কী কালোক মখাদা ঐখোয়গী কানা হি হোল্লি
নহাক্কী রেলিংদগী ঐখোয়না মতুনা লাম্থোকপা য়েংলি
নহাক নুংশিৎকা লোয়ননা ঈপোম মচা হৌরি
নশাদগী হেন্না য়াংনা
অতোপ্পা তোর্বান্দা নুমিৎনা
খা-রোমদা তাথরক্লি
অতিয়াদা মরা ময়াম ফুমজিনখ্রি
মসিগী মনা মরক্তা ঐখোয়না লোৎপা য়ারম্বনি

মশিগী মশাশিংদুনা মৈজাউ অমা শাগৎপা য়াবনি
মী লৈবা য়াবা নোংমনি

৬

সংসার অসি অঙ্গৈংবনা মচি লেঙহনখিদ্রে
লীক্লীনা মালং শেমখ্রে
নুংশিৎকী লীক্লী ওইখ্রে
খ্বাইদগী য়াংলবা মখোলশিংনা শারি
অশাবা মুক্তিশিং থুনা
খোম্থাং মশিং হেনগৎলক্লি অমস্যুং মখোয় চাইখায়খি
মসিনা উন তাহল্লকপা য়াই
মৈ চাক্লিবা উ পাম্বী অসিনা নীক্লি
অহিংনা হৌজিক কোয়শিল্লদুনা
মাগী রা ঙাঙনরদুনা ঐনা নঙোন্দা রা ঙাঙলি।

# জান্নুয়ারীগী অহানবা তারিখ

চহী অসিগী থোঙজাওশিং হাংদোক্লে
লোনগী থোঙয়ামগুম্না
খঙল্লিবগী মায়ওন তম্না
ঙরাং অহিং নঙনা ঐঙোন্দা হায়খি :
হয়েংং
ঐখোয় ইঙ্গিৎ কয়া পুথোকপা তাই
দৃশ্য অমা য়েকপা তাই, থৌরাঙ অমা শেম্বা তাই
লামাঙ্গ অনী পানবদা
নোংমগী অমস্থং চেগী।
হয়েং, ঐখোয়না পুথোকপা তাই
অমুকহন্না,
সংসার অসিগী অশেঙ্‌বা।

ঐগী মীৎশিং থেঙনা পাঙথোকখি ।
মীৎকুপ অমগী মীৎকুপ অমথক

আজটেক্না ফাউখিবগুম ঐ ফাউখি
অরাংবা চীংদোনগী মতোন্দা
ঙাইরহুনা হীপ্লিবা
মতমগী তম্বা ঙমন্দ্রবা হল্লকপা
লৈখোঙ নোংখোঙগী অহোবদা ।

অহুবু নত্তে, চহী অদো হল্লক্লে ।
মহাক্না কা অপুম্বা থনখ্রে
অমসুং ঐগী মীৎয়েংনা মতু যৌকবগুম ।

মতম, ঐখোযগী ইতেং অমত্তা যাওদনা,
থমখ্রে

ঙবাংগী মওংহুগা চপ মান্নবা
হাঙলবা লম্বীদা যুম ময়াম,
যুম ময়ামগী মথক্তা উন
উনগী মথক্তা অচীকপা ।

নহাক ঐগী ইনাক্তা লৈখি
অসুম তূম্না তূম্না ।
নোংমসিমা নহাকপু পুথোকখি
অহুবু নহাক্না হৌজিক ফাওবা যাখিদে
নোংমসিনা নহাকপু পুথোকপা
—ঐবুসু পুথোকপা য়াখিদে, অমরোমদা
নহাক্কি অতোপ্পা নোংমদা লৈখি ।

নহাক ঐগী ইনাক্তা লৈখি
অমসুং ঐনা নঙবু উখি



শকওং কয়াদা তূম্লিবা উনগী মতৌগুম্না
মতম্না, ঐখোয়গী ইতেং অমতা য়াওদনা
পুখোকখি যুম ময়াম, লমবী ময়াম, উ ময়াম
অমসুং তূম্লিবা নুপী ময়াম ।

নঙনা নমীৎ পাঙথোক্লকপা মতমদা
ঐখোয়না চৎকনি, অমুক হন্না,
পুংজাশিংগী অমসুং মখোয়না পুথোক্লিবশিংগী মবক্তা ।
শকওং কয়াগী মবক্তা ঐখোযনা চৎকনি
অমসুং মতম অমদি মাগী কোনজুগেসনশিংগী শাক্তি ওইগনি
নোংমসিগী থোঙজাওশিং ঐখোয়না হাংদোক্লবা য়াই ।
অমসুং অহুদগী খঙবা ঙমদবগী মনুংদা ঐখোয় চঙখিগনি ।

(কেম্ব্রিজ, মশাচুসেৎস, ১ জনুয়ারী ১৯৭৫